# মৈতৈ সাহিত্য



By

শ্রীপুখ্রম্বম পারিজাৎসিংহ।

---

## ছিরম লামাই।

অহানবা অধ্যায়।




| রারী মমিং | লামাই |
|---|---|

## অনিশুবা অধ্যায়।





## অহুমশুবা অধ্যায়।

# মৈতৈ সাহিত্য।

## অহানবা অধ্যায়।

### হেঁদোকপা।

লাইরেন লাবা য়াওল্লে,
হূইথৌ লাবা চীফেংলে,
য়াংদৌ লাবা চীদম্লে।
চৌংখৈ ফীহুপ অহুম্না,
নোংপোক মাইকৈ ফোংবদা,
চরোঈ তেতু খোংলক্লে।
কাক্কী লানবাউ তাবদা,
উচেক ল্লায়া পূম্নমক,
পুক্রিং তুজুংনরক্লে।
য়োঈবু য়োইহেন নিংলিবা,
শানৌনহা অপূম্বা,
তুম্লাম্ থেঙলে থেঙলে।
মলয়াগী মুংশিংনা,
তপ্না তপ্না হমহূনা।
হৈনম লৈনম পুরক্লে।
অহিং লিক্লানা খিক্লবা,
হৈপাল লৈপাল খিখিহু,
মনা ইতেক তেকখংলে।

মমিংতা মপি শিন্থনা,
ভক্তি লৈয়াং কত্থুনা,
মথুংগ্তোব নিংশিংলে।
থম্মোই য়ানা লৈরবা,
মালেম ইমানা কোল্লিবা,
শানৌ ইবুঙো হোয়ো।
কয়িগী নমিং পাঙত্রিবা,
মী অপূম্বা হৌনয়ে,
ত্তোয়ো হোয়ো য়াহৌয়ো।

---

উষা।

লম্মাংলবগী লম্বী পী'গুম্বা,
মিংতাংবা মীবু মিং পাংহন'গুম্বা,
সমক্রুগী লাইজ ঈপাকথক্তা,
ধ্রুবতারানা হিনাউ শা'গুম্বা,
'মন্মদা থাওমৈ থানবিবগুম্বা,
উষাগী চরণ কোক্তা হাপচৈ।
মচাগী মত্তৌগুম নিংবিরিবা,
উষাবু কাউবা নাইদনা নিংজৈ।
ঐখোইবু তাথীবা য়া তাবদা,
য়াবনা থমোই পুবা ঙমত্রিবা,
ঐখোইগী কন্নবতা খনবিবা,
থাগৎপা য়া তারগা হয়াওবিবা,

ঐখোইদা পুক্লিং লুপখিবনা,
মায়চেপ্পদা চেপ্পিবা উঝানি।
মহাকপু ইপাগুম ভক্তি তৌজে,
উঝা হায়বসি অখোইবা গুরুনি।
ফনসু শিংহৈবা মী ওইসনু,
উঝা য়াওদনা খঙবা খক য়ারোই
উঝাবু পেহ্লনবা হায়বা'সিনা,
গুরুগী দক্ষিনা শেংলবা ওই।

---

## নিংথৌ অমসুং প্রজা।

জগৎ অসি ঈশ্বরগী রাজ্যনি। জীব হায়তুনা লৈরিবা পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী প্রজানি। জীব ময়াম অসিনা হিংতুনা লৈননবগী পাম্বৈ অসি ইবুঙো মহাক্না শীনবিরি। রাখল লৈবা মীগী থমোইদা মহাকী রায়েল পথাপ পুম্নমক অসি তাকুবা হায়তুনা ময়ক ময়ক্তা অখোইবা মী অমমম পোকহল্লি। মহম্মদ, যীশু অমসু বুদ্ধ অসিনচিংবা মহাপুরুষশিং অসি ঈশ্বরগী মহুৎশিনবা মীনি মাখোই অসিনা কাংবু অমমমগী থমোইদা নিংথৌ ওইতুনা পাল্লি। মাখোই অসিগী মথংদা লৈবাক ভাক্লিবা নিংথৌ লখা লখা লৈ।

"নিংথৌবু বিষ্ণুগী অশংনি হায়রি" নিংথৌনা ঈশ্বরগী মহুৎ শিন্দুনা জীব ময়াম য়োক্লি। ধর্ম্ম লৈতবা, মনিংমখা তম্বা মীমুংশি খঙদবা মীনা ঐখোইবু লাকচ-থুমজয়রবা অমসুং হুরানচিন্থীবা মীনা ঐগী ইপোৎ হুথ্রবা মতমদা নিংথৌনা ফত্তবা মীশিং অদুবু রারক রাতেম্বিতুনা, ঐখোইবু ভাকপিরি। অঙাংনা মপা মমাতদা

য়েৎপগুম, প্রজাগী হায়জচৎচফমদি নিংথৌ অমসুং মহারাণীনা ওইবিরি। ঐখোইনা ইপা-ইমাদা ভক্তি কৎপগুম, নিংথৌ মহারাণীগী মফমদা ভক্তি কৎকদবা ওই; অয়েৎপা লৈতনা মাখোইগী য়াথং ঙাক্কদবনি। মচা ওক্কবনা মপাগী নাকোং ব্রাই চিহ্লনবগুম, প্রজানা নিংথৌগী মানাকোং ব্রাই চিহ্লনবা চুমদে। মপা মমাসু মচা য়োকপগী পথাপ কায়দবা, মচাসু মপা মমা নিংবা অফবা মচা ওইবা হৌনবগুম, নিংথৌ অমসুং প্রজাসু মাগী মাগী হৌনবী তৌফম থোকই। ওকতবা অপংবা মচা উরগা মপানা মুঙাইতবগুম নিংথৌসু অপংবা প্রজা উরগা মুংঙাইতে। থাউমৈ ময়াম থাল্লগা ঙানবা হেল্লকপগুম লৈবাক্তা জ্ঞান লৈবা মীশিং য়াম্লক্লগা অমম্বগী মশক ওইবা লৈবাকী অন্নাবা কোকই হায়দুনা, মীরৈবাক্তা প্রজাবু থাদুনা মহৈ তন্মাল্লি। ময়ম অসিনা ওক্তবা হয়াউকুমৈ তৌদনা, লবাকী কান্নগদবা ব্রা খল্লবা অমসুং চুয়ানচিন্থী য়াও-দ্রবদি নিংথৌনা য়াম্না পেনবি। ইপাগী মশক ওইরিবা নিংথৌগী পেন্ননবা, প্রজা ঐখোই খিবিক্লা ঙম্বমখৈ হোৎনগদবা ওই।

তাইবংবানবগী মপু, শ্রীগোবিন্দগী খুয়াদা মৈতৈ ঐখোই খিবিক্লা হন্না হন্না খুরুমজে। মৈতৈ ঐখোইগী নিংথৌগা ইংরাজ সাহেবশিং অসিগা চান্নচিন্ননা পান্দুনা, মতমকুইনা ঐখোইবু ঙাকপি শেনবিবা ওইদুনা, মুঙাই য়াইফনা পানবা পীনবিয়ু ইবুংঙো।

---

## পাওমেন ১৯।

১। শ্রীযুৎ সনামাং অমস্তুং সভা মমাং চংবদা ফিজিনা লময়ানবগী অর্থদি থোং কুপশিনবগী ভাবতনি অত্তুনত্রগা খুৎনা মাং থাবগী অর্থস্থ ফিগী মছুংনি থওনৈ, মাত্তুদি পুক্লিংগী অনোনবা উৎপদনি।

২। লাইগুরু অমস্তুং অচৌবা মীবু লুয়াক্লনা য়েংনদে, অত্তুগা মমিস্থ নেৎনদে, ফিনা খন্দুনা লুক্লপ চৎনৈ।

৩। শ্রীযুৎনা পোৎ পীয়বদি খুকউ লৈতানা ফিগাও শাত্তুনা ওক্লনি; স্বর চংদনবা ৬ক লৈথোক্লপ লৈনৈ। অতৈ অচৌবনা পীরবদি চুম্না খুত্তা ফি থাত্তুনা ওক্লনি।

৪। শ্রীযুত্তা য়া হঙ্গৎপদা খোঙ-খুৎ পন্নদে খোঙবিমুক, খুবিমুক চাউবা হায়বগী মছুত্তা হৈয়াগুম্বদা প্রমাণ পীনৈ। মাত্তুদি—"চম্প্রা হৈজিং ফাত্রিবমুক চাউরে" অসিগুম্বা হায়নৈ।

৫। শ্রীযুৎ অমস্তুং গুরুজন্না য়াংববু নিনবা হায়। খুদম—নরসিংহ মহারাজদি হাক্লস্থ নিন্দে অত্তুগা বর্ণদি কুলৈকুচুনি অসিনচিংবা।

৬। গুরুজন অমস্তুং অচৌবা লাক্লবদি ফিগী খুদোন খোঙউপ অমস্তুং খুক্লমতোংবা হোনদে।

৭। অচৌবা মীনা মৈ অমস্তুং মুংশা য়াইবদা থোনবা হায়নদে (অশাবা পোৎনি মাদি।) মৈনাক্তা লেংশিল্লি, কম্বী মৈ থল্লি, মুংশাদা লেংথোক্লি অসিগুম্বা মতা য়েংনা হায়নৈ।

৮। অচৌবা মীগা মায়োক্লনা হিদাক থকপা হৌনদে। থক্লবস্থু থাপতক লৈথোক্লুনা ফিনা খূৎনা থন্দুনা থকনি। চাউদা চাউবগী মমাংদদি হিদাক ইথক থকপা য়াদে।

৯। পানাহৈনামক চারবস্থু খূৎ ওইদা ফিজিনা কুপ্লুনা চিন খুম্লগা য়েৎনা পোৎ হুক্কনি।

১০। মীনা লাই খুরম্লিঙৈদা মরক থক্লুনা চৎহৈদে; অমস্থুং মী অনিনা খুরম্নরিঙৈ লম্মানবা হৌনদে।

১১। শ্রীযুৎকী মথংদা মপাবুং ইবুংঙো অমস্থুং মমাসিজা ইবেম্ম-বুস্থু সনাখ্বা কৌবা য়াই। ময়াস্থুংনা শ্রীযুৎকী দীক্ষাগুরু ওইরবদি সনাখ্বা কৌনৈ অতৈ পুম্নমকপুদি নিংথৌ ফম্বা সভাদা সনাখ্বা কৌনদে। (থৌগল্লোন হায়বা অসি নিংথৌগী সনা পুক্লিং মতুং ইন্নস্থু হোংবা কাল লৈ।)

১২। শ্রীযুৎকী হকচাংগী মরম অমস্থুং পোৎকী মরম অয়াম্বদি "সনা" হায়বা ৱানা হৌগনি সনা হকচাং, সনা খাংচেৎ, সনা লমজে অসিনচিংবা।

১৩। শম অমস্থুং য়ানচিংবগী মমাংদদি "সনা" হায়বা ৱা হাপ্পদে।

১৪। শ্রীযুৎকী শগোনবু সনা সজিং অমস্থুং শামুবু খুনেৎশা কৌই। তোংবা হায়বদা নেৎপা হায়নৈ।

১৫। নিংথৌ ফম্বা সভাদা মীচম্মা অহুগা নিংথৌশাগৈদগী থাপ্পবা নিংথেম্মচানা মপাগী ৱা হঙ্গৎলবদি "ননাই ইপানা হঙ্গৎচম্মকই" অস্নুম হায়নৈ। শাজি অমস্থুং পাবুং হায়বা য়াদে বামন অচম্বস্থু অহুমত্তাই।

১৬। নোল্লুকপনা অমুক ফজদবা লৈতে, লাইমক্তা খুরম্বদা লুক্লপ থুং লোন্নবা লেপ্লগা শেপলৈননা দর্শন তৌনরি; হেক মাইয়োকনবা ফজদে।

১৭। শ্রীযুৎকী শাগৈনাতৈ নক্লবশিংবু শ্রীযুৎফম্বা সভাদা কৌবদি, শ্রীযুৎনা কৌবা মিংগৌ মতুংইন্না কৌগনি। মাহুদি— মবুধৌ ইবুংঙো, মতোল ইবুংঙো, মপন ইবুংঙো অসিনচিংবা হায়নৈ। মর্য্যাদা য়াম্না তৌবদা ব্রাহৈগী মমৈদা "বু" ভাই; মাহুদি— "মনাও ইবুংঙোবু লেংবিরম্মো" অসিনচিংবা।

১৮। শ্রীযুৎকী পোকমিন্নবা ময়াম্সুং, অহুগা মপাবুং, মমাসীজ; গুণ লৈবা মবুধৌ ইবুঙোশিং অমসুং ধামান্দি, ব্যবস্থা হপ্পবা, হিদং অসিবু শ্রীযুৎ সনামাংদা "লেংবা" হায়বা য়াই। শ্রীযুৎনা চৎপা ওইয়বদি সনা খোঙলেংবা হায়নৈ, তৌইগুম্বসুং শ্রীযুৎনা মর্য্যাদা তৌরিবশিং অসিদা শ্রীযুৎকী খোঙপন্না ব্রা ঙাংনবা য়াদে।

১৯। অতৈ ফম্নাইবশিংবুদি শ্রীযুৎ ফম্বা সভাদা "লাকপিবা, চংবিবা" অসিনচিংবা "পিবা" "বিবা" ব্রাহৈ পোলোই তাগনি। মীচম মশেন লেঙবা হাবনচিংবা ব্রাহৈ অসি সভা তিনবদা হায়বা য়াদে। চৎপিবা, চাবিবা অসিনচিংবা হায়নৈ।

---

## ইংঙো অমসুং ইবুংঙো।

১। অঙোম নিংথৌতবু ইংঙো কৌনৈ; মানা ফম্মি হায়বগী চৈরাপ্তা ফম্লিবা পুন্নমকপু পুল্লপ ব্রাহৈদা "ইংঙোশিং পুন্নমকী চরণদা লাউজরি" হায়নৈ। অঙোম নিংথৌবু "ইংঙো নিংথৌ

অহুনত্রগা ইংঙো অঙোপানবা " কৌনৈ। পুখ্রম্বা অমস্তুং নোংথোম্বগী ৱা অঙোম নিংথৌগী মফমদা হঙ্গংলবদি ( ইবুংঙো পুখ্রম্বনা অমস্তুং ইবুংঙো নোংথোম্বনা ইংঙো নিংথৌদা হঙ্গংলম্মু হায়না তাকপিরকই ) হায়বা য়াই।

২। লাইয়োলগীদি তক্ষা সনানা পোকপতবু ইবুংঙো কৌগনি হায়; তৌইগুম্বস্তুং শ্রীযুৎকী য়াম্না নক্কবা সনা ইবেম্মশিংগী মচাবু রাজসভাদা ইবুংঙো ইবেম্মা কৌনবা য়াখ্রে ( রুঢ়িবুদি বৃত্তিনা কল্লি )।

৩। ৱাহৈ অমদা পুখ্রন নোংথোম্ববুস্থ ইবুংঙো হায়নৈ তৌইগুম্বস্তুং মীচম্থ অচানবা ৱাহৈদা ইবুংঙো কৌনরিবা অসিদি সভা তিনবদা হায়বা য়ারোই মিং ফাওবা ইবুঙো ইবেম্মা পকপা য়াদে।

৪। শ্রীযুৎকী বংশদি মিংগৌ মমৈদা ইবুঙো হাপকনি, তাদা হায়বদা য়াম্বুং, খুড়া হায়বদা নতোন হায়গনি, মাহুদি নয়াম্বুং ইবুংঙো, নতোন ইবুংঙো। অঙোম নিংথৌগী মচামগুবুস্থ খুল্লক্পা ইবুঙো ইবেম্মা কৌনরি, শ্রীযুৎকী সনামাংদদি কৌবা য়াদে, মীচমগা মান্নবা হায়গনি। অঙোম নিংথৌগী মচা মুপীবুস্থ সিজ্ঞ হায়নৈ। অঙোম নিংথৌদা ওংবা অনি অহুম গুরবস্থ অচানবা অমবু খুরাইলৈমা হাপ্লে। যুবরাজগী অচানবী ইবেম্মবু তম্পাক লৈমা হাপই।

## পাউতম্বা।

১। লোয়শঙগী মকোক অমসুং ফম্নাইবগী মকমদা তাদা হায়বগী মহুৎ "য়াম্বা" হাপ্লে। মাতুদি "ননাই য়াম্বসেম্লুংবনা শ্রীযুৎকী সনা চরন্দা হঙ্গৎচো হায়না তাকপিরকই" অসিনচিংবা!

২। ইবুঙো ইবেম্মা মচানচিংবা ফম্নাইবগী ব্রা শ্রীযুত্তা হঙ্গৎপদা শ্রীযুৎকী মিংগো ইনগনি। মাতুদি—" ননাই মামা ইবুঙো মেম্বরদা শ্রীযুৎকী সনায়াথং তাকচরম্মে" অসিনচিংবা।

৩। ঐগী মুপী অমসুং ঐগী ইচা হায়না অচোবদা হঙ্গংনদে " ঐখোইগী ননাইনা অমসুং ননাইনা পোকচবা মুপামচা অমসুং মুপীমচা " অসুমনা হায়নৈ।

৪। অচোবগী ব্রা হঙ্গবদা তম্লবদি তাকপিরকই, নিংশিং-বিরকই অসিনচিংবা হায়নৈ, " হঙ্গৎপা " হায়বা পম্লদে। শ্রীযুৎকীদি অতোপ্পা ব্রা লৈখ্রে।

৫। শ্রীযুত্তা ব্রা হঙ্গংপদা " সনা নোংদম করি তম্বিগদনো ?" " সনাবুদ্ধি বিচার তৌবিয়ু " অসিগুম্বা ব্রাহে শীজিন্নৈ।

৬। অচোবা মীদা " ময়াম্বুংনচিংবদা " ব্রা হঙ্গংলবদি থুকউ লৈপাক তানা ওইরবসু থুকউ নামা কাংনা ওইরবসু ফম্নগা ব্রা হঙ্গৎকনি। লম্বা ব্রা ওইরবদি লেপ্পা য়াই।

---

## চামিন্নবা।

মর্য্যাদা ভৌগদবা মীবু মথক ফমহল্লু; ঈশিংনা য়েক্তা ইনশাংনা ওইদা থমউ; ময়াম্না হৌদ্রিবৈ আচমন তৌফদে। নপ তিন শিংপা, মুত্তি কায়না হাঙাংবা হৌনদে, মীনা য়াদগী চাক উরবদি হঙ্গোইগনি। ঙাংলবস্তু খুৎনা তুক খন্দুনা হঙ্গোইদনবা হোৎনগনি। ময়াম লোইদ্রিবৈ চিন-য়া ত্তকপা, লুখাক খুনবা চাকলুক মফম হোংবা অমস্তুং হৌগৎপা য়াদে। চিন তেংবদা ঈশিং ফু, ফু কামগস্তু মীঙোন্দা চোংলবদি হঙ্গোইগনি।

## অথোইবা হিরম।

১। অচৌবদা খুৎস্তু খুৎলাই, ফিরোন কৎশিল্লবদি খুৎ পায়ফম চানা কৎশিল্লু। শ্রীযুক্তা খুদোল পোৎনচিংবা কৎপদি কোইয়েৎ ফুরিৎ লৌথোকউ, উরিক অহুমগুনা শিয়ু, লুকুন নিংথিনা য়াম্থো, কৈজোম কুণ্ডা নিংথিনা য়েপখৎলু অতুগা অষ্টাঙ্গ অহুমক কৎলু।

২। অচৌবনা লৈ-স্তু হৈয়া পীয়গা খুৎ অনিনা ওক্তুনা খুরমউ। ইমুংদগী খাইতুনা লোইনবা, চানবা অশেংবদগী খাইতুনা পিজবদি খুরুম্নদে। মীচম্না হে লৈ পীবদি খুরুম্নদে।

শ্রীযুৎ পানাকোদাং ওবা হায়নদে—অধরামৃত লৌথোকপা হায়গনি

| | | | |
|---|---|---|---|
| য়ু হরাই | ,, | স্নং হরাই | ,, |
| মতু মরা | ,, | মতৈ মনাও | ,, |
| থী য়ুং | ,, | থুনাম্বা, ফত্তবা | ,, |
| মীহাৎপা | ,, | অঙাং ওলহনবা | ,, |
| ওবা | ,, | হন্দোকপা | ,, |

| | | | |
|---|---|---|---|
| থীফাইবা | হায়নদে | ইরুবা, মন্নুংচংবা | হায়গনি |
| চানবা শুম্নু | ,, | বরূণ | ,, |
| ঐ লেংজরগে | ,, | ঐ চংচরগে | ,, |
| ঐ লেংজরকনি | ,, | ঐ লাকচগনি | ,, |

---

থকসি খাসি নাইদবনচিংবা।

১। ইথক্কা অসিনি, ইখানা অসিনি খঙদবা মীশিং অদুবু থক্সি খাসি নাইদবা কৌই। মর্চম্নি মপবানি হায়বগী ব্যবহার নাইদবশিং অদুবু মচোংপাক নাইদবা মী কৌই। লম্নানবা ইখাগী মুপী নহাবু, ইচন ইচাগুম খনবা, মরুপ মপাংগী মুপী নহানচিংবা পূম্নমক্কা ব্যবহার কায়দবা; দেশ কাল পাত্র য়েংনা চংপা, মরুপ মপাংনা থাজবা, মী অদুবু "হোনবী খঙবা" লৈপাকমচা কৌনৈ।

২। মুপীনা শেংপা ফি মুপানা পায়নদে, মুপাগী ফৈজোম মুপীনা ইম্নদে, অদুগা লাইগুরুগী ফিরোই ফিঙাম খোঙনা শোক্রদে মরমদি মীওইবগী থাবা য়াদবা পোৎ, হকচাংমক্কা মাম্নববু ফিনি হায়না নিংনৈ; মরম অদুনা লাইগুরুনা নিংথোদা থোগল্লোন কায়বা অমসুং য়োল্লু লাল্লুবা মীবু নিংথোগী ফিজি ফিনা শোকপা কৌনৈ।

৩। ব্রাহ্মণ নিংথোমচাগী খাংচেৎ নমখাং রাইনদে, রাইরবদি শূদ্রোক্লগা অমুক কৎশিনগনি। নির্মাল্য ফংজবদি দোষ লৈতে।

অচোপ অয়েম।

১। মী অমনা তৌথিবা থবক অদু হোৎনরগা ঐস্থ ভমগনি থন্দুনা মীভোন্দা নে নে থক হায়জদবা মীশিং অদু মুংথোয়নবা কৌই। মথোনাদি চৈদা পল্লগা মীবুদি খক উশিত্তবা মী অদু কংথোয় কৌনৈ; ঐনা তৌরিবদবু ভমদবা হৌনব্রা হায়দুনা মীভোন্দা কোয়না পাউচেনবা মীশিং অদু কারল মপান থোকপা কৌই।

২। থবক পাঙদুনা মীনা থাগৎপিরকপা নত্তনা মশানা ঐ কৈ হায়দুনা "হৃভোই বোয়োবী ধমকা" তৌরিবা অদু অচোপ্পা ব্রাখল্লি; মী কলকপা হায়বা অসিস্থ য়াম্না চোপ্পা থবকনি, মী অমনা থবক পাঙবা উরগা মী অদুগী মাঙনবা থন্দুনা লোইন্নং থোংনাংগুম মহুৎময়েং শিন্নিংবা, ভমদ্রগা উচি কল্লক্কুনা, মযুম মৈ চূবগুম মতোমদা খ্রোক খ্রোক থোৎপা, মী অদুবু কল্লক চাউবা "মিহৌজাও" কৌই। হৌদেং হোরং কল্লক পেন্দবা মীশিং অদু তিন্নবা লুবনি।

৩। মীনা য়াইফখিবগুম ঐস্থ হোৎনদুনা য়াইফগে ভাল্লিবা অমস্থং মীগী খিত্তং মত্তেং ফংবদা য়াম্না হায়াওদুনা থাগৎপিবা মী অদু কপ্পাওবা লৈবাকমচানি। হুজিক অমা লোন হোয়েন অমা লোনবা, মীমাংপোমাং নাইদনা ঐগী মীনি হায়দুনা পংচৈ মচৈবা অমস্থং মক্সপ্পা ইমুং থৎন-চৈনবা থাম্নগা নথৌ লৈত্তে হায়দুনা উশিং থৌওইদবা মী অদুবু ভাইবংবান শেবাৎপা মালং থোঙ্গাওনবা কৌনৈ।

৩। নুপী নহা য়ৈ-চৈহুনা য়ারক্লিঙৈদা মরুপমপাং অমম্বুং অহল্লমল্লা থামহুনা চৈ মুনবা, হকচাং ফারবদা, কনবা হেল্লি হায়হুনা অখাম্বা মীবু নমথেক্লুনা চৎপা অসি থোগল্লোন কায়বা কৌনৈ। মী অহুবু ঙক্কানগনি "তাদা অসিনা, ইতাও অসিনা" খান্নমত্র-বদি নং খঙগদবনি, অসিনচিংবা হায়হুনা অখাম্বা মী অহুবু মর্য্যাদা তৌগনি।

থোগল্লোন অসি খঙদ্রবদি মমাল্লবা তিল্লবদা চোপ্পা নংই মীনা উশিক্তে। অচোবগী মফম চংবদা হৌনবা খংদবা মীদি য়াম্না খুদোংথীবা নংই। হৌজিক কালগী নহারোনগী মমুংদা ঐ ফাঙ্গ'য়, হাজরি, চেপচরি অসিগুম্বা হাঙাং তাবা অসি কোক্লবা স্কুলগী ওঝাশিংনা য়াম্না চেকশিনবিফম থোকই। সভা তিল্লগা ফুরিৎ খাউদা খুং থিংজনবা, লেংগোল্লবা, ফাকফাক নোকপা, খোঙ্ তিংথোকপা, যেজোম্না ফুরিৎ মথক্তা লাকশিনবা অসিনচিংবা হৌনদবা অসি মথক্তা খঙজরকপা ঙাইবদগী তুংদা ফংখিদবা মী মশীং য়ামশিল্লক্লে।

মীগী য়ুম কাবদা খোঙউপ খুরুম লৌথোকপা ইমুংদা মী লৈবা উননিংঙগা ইঙ্গৎ পীবা, খোদেমহুনা মিংনা শিংহল্লগা চংবা; য়াগদ্রা হংলগা, মীনা চংহল্লিংদবা, ইকাইবা উয়গা হুৎ লৈথোকপা; অসিনচিংবগী য়ারী লীবিহুনা অঙাংবু লমচৎ ফজহনগনি।

টীকা

নুপী নহাবু হংবদা "কনাগী মতুনো, কনাগী নুপীনো" হায়নদে, বয়স মতা য়েংহুনা "লৈশাবী মচা অসি, মৌ মচা অসি, অহল অসি, কনা ওইরবনো?" হায়গনি। লৈমসিজ লৌবা নুপানা মতুগী বা হায়বদা "ননাই ঐগী হাওনুবী" হায়নদে "ঐথোইগী ননাইনা, নমৌ সিজনা", অসিনচিংবা মতা য়েংহুনা হায়গনি পংহন হয়ুকদে।

মীনা চিঠী ইরিঙৈ চংত্না পাবা হৌনদে, মীগী মপোৎ অসি মক্তবু মপুদা হংলগা য়ামনা হয়াওনা পীরক্লবদি, শোকউক্‌ফদে। সাহেবসিংনা মীগী য়ুম চংদে, মীনা য়াদবা থবক অমতা নমহুনা তৌদে। মাসিগুম্বা ভাব অসি ছাত্রময়ামন তিম্নবদা পোংচৈ পাক পাক লাক্লহন্দবদগী হৌবনা কৈ।

---

## অচৌবা ওইনিংলবদি মী থোক্লু।

মী খোন্দুনা ধর্ম্ম চুম্না তানবা শেন্না মী ওইববু য়াম্না সুভাইহল্লি। মাসিগী খুদম অসি বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিনগী লাইব্রিক পারগা য়াম্না থঙবা হেল্লি। ফ্রাঙ্কলিন অসি স্কুলদা পথাপ নাইনা থাক চানা তমখিবা মী নত্তেদি হায়ববু ইংরেজী লোন্দা মহাক চিঠী ফজনা ইবা ঙমখি। মাহাক্না অহানবা হৌরকপদি য়াম্না লাইরনা হৌরকই। মচৎ ফজবা, তন্দবা, মরীনচুম্বা মীওইবগী চৎনবী থবক অসি য়াম্না থঙবা মরম্না, মরুপ মপাং খ্বাইনা মহাকী ব্রাৎতনবা থবক ইতত্তনা পীরৈ মাহু মতম চানা চানা লোইবা মরমদগী থবক অসুম চাউখৎলক্লে। শেনসু য়াম্না থোক্লক্লে চে, মুক, কলমনচিংবা অসুম য়োল্লম্বদগী মরুপমপাং খ্বাইগী পায়েনা লাইব্রিকশং অমা লিংবা ঙমজরে, অমশুং চহি খুদিংগী কান্না কান্নবা রাহে রাতানা থল্লবা লাইব্রিক অমমম শন্দোকচৈ। মহাকী থমোইদা, ময়ামগী কান্নগদবা হিরম পুথোকপা অমসুং হোৎনবা অসি অথোইবা থবকনি হায়না খল্লি। মী পুম্নমক অসুম্না থম্নহুনা নোম্নরক্ল-বদি মাগী মাগী অরাৎপা কোক্লবা, লন লৈনবা লম্বী য়াম্বা কোম্নরকনি হায়বা অসি খ্বাইদা উৎলি।

সাহিত্য অমসুং দর্শন শাস্ত্র নৈনবা সভা অমা মানা লিংখৎখি, অঙাংশিংগী মহৈ তম্ফম অমগা লিংখৎলি। সভা অমসু শেন্নে মাতুদা লৈবাক অতুগী ভদ্রলোক ময়াম্না মাগী মাগী অবস্থা মতুংইন্না শেনখায় পীনতুনা শেন্দিল অমা থমই। মাতুনা লৈবাক্কী অন্নাংপা থবক, অনৌ অনৌবা হিরম পুথোক্লবা শীনবদা চাদিং তৌনৈ। হিরম তোপ্পা তোপ্পা নোম্নরিবা খ্বাইমক্কী কান্ননবা খুজিল ইচা চাজনবা লৌশিং অসি মানা য়াম্না শন্দোকই। অসুম্ন নোম্বা তন্দবা মী খোনবমক্তনা অৱাং আমে- রিকাগী মনুংদা শাংথানবা, অচৌবা, ইনাক-কৈয়াক খুনবা মী অমা ওইবা ঙমখি।

ডেভিড হেয়ার হায়বা অমসু কলিকাতা মাইগৈগী অঙাংশিং লাইরিক লাইস্নু থেমংনা তম্মনখিবা মরমদগী খ্বাইনা মহাকপু শোন্নরি। চাউখি চাউখ্রিবা মী পূন্নমক অসি মী খ্বাইগী কান্ননবা হোৎনবিরম্বা অমসুং ৱাবিরম্বা মরমদগী চাউখ্রিবঙাকনি। মরম অসিনা হে অঙাংশা! অচৌবা মী ওইনিংলবদি নহা ওইরিঙৈদগী মীগী মতেং পাংবা, খ্বাইগী কান্ননবা ৱাখন খনবা তমগদবা ওই। মীবু মুংশি হৈত্রবদি কদৌইঙেদসু অচৌবা ওইবা ঙম্মোই। মপাঙ্গল কল্লবা শা-কৈবু কাননসু মুংশিনা শোন্নদে মীদগী হেনবা থক ঙমদ্রি। মীবু মুংশিনা য়েংদ্রবদি অমসুং হায়দ্রবদি কনানা নংগী ৱা তাবিগদগে হায়না জ্ঞানীশিংনা তত্তনা লাউবি।

নাপল।

নাপন হায়বা অসিদি লূম্নবা কোকথোং অমনি,
মাবু পুবা ঙম্বা অসি কনাসু য়াওদ্রিবনি,
মহাকপু পুবদা মকোক তয়া পানবা কেমখি,
কুরু শাগৈ মাঙববু মানা ননবদগীনি।

মহাকপু পুরবদি অন্নাংবদা কাবা তাই,
কাবতদি নাক্কী মীবু নেংথুদবা যাওদে,
লৈহৌরিবশিংতুনা মাবু অমুক চিংথন্নকই,
মহাক্কী মগুণতু ভাক্লবদা ইংবা কোবতা ওমজদে।
অন্নাংবদা লৈরবদি গাগদ্রা কিবা হৈনৈ,
মখাদা লৈরবদি কিফমতু লৈত্রা য়েংউ:
নাপনগী কোকথোং পুতুনা রাগন্নু অভাংশা
মখাদা লেপ্তুনা নতিক চাবা থবক নোমউ।
ঈশিং য়াম্না পুরবা নোংদি য়ম্না নেম্না পাই,
উহৈ য়াম্না পাল্লবা উদি মক লুকই।
ব্রাখল লৈবা মীওইবা! তমজো মাখোইগী মতৌ,
নতিক নগুণদি লৈরগা নাপনসি থক তৌগন্নু।

---

## অনিশুবা অধ্যায়।

মীওইবা ঐখোইনা ঐগী ঐগী ইথৌ খণ্ডবদগী তুন্দা য়াম্না নিংঙমদবা পোকই।

নথৌ খণ্ডউ।

মতেং পাংনতুনা পাল্লিবা তেংবানবা!
য়েংউ, মুংশিংনা শিংলি, মুংশানা শারি,
লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক মথৌ পুরি,
মীওইবা ঐখোই'সু থৌদাং অমমম লৈ,

মথৌদাং নোম্নত্নুনা পানগদবনি ;
ময়াম্না নোমনরক্কুনা পৈরবদি,
মীথুদিং অহাওবা চাবত্নু ঙম্নরি,
চামিন্নবা হাওই পুমিন্নবা য়াংই
উমুনা ঙা ফাবা তাউথ্রানা লাকপগুম
অনোম্বা খরনা পোৎ পৈশিঙ্গবরু
নোমদবা কাংবুনা লাকথোকপিববদি
মীওইবা ময়াম পানশিল্লরিবসিদি
র‍াখন লৈতবা শা উচেক্কা মাম্নরে ;
থোদাং নোম্নসি শীন্দোক শীঙ্গিন ভৌনসি
নথৌদাং খঙনবা নরোশিং লৈননবা
অঙাং মচাশা ! নহৈনশিং ভানশিহ্লো
শিন্থা পৌরি ঐখোইগী অহল লমন্না
" উঝাগী য়াখং ইল্লু লাইরিকশং চৎলু,
অঙাং নখোইগীদি নহৈ তম্বনা নথৌনি,
অঙাং ওইরিভেদগী নথৌ শোয়দবা তম্মু।"

---

## মপা নিংবা।

" মপানা ধর্ম্মনি, মপানা স্বর্গনি " হায়রি,
মপানা পেল্লবদি লাই পুম্নমক্না পেলই।
গুরু পুম্নমকপু লুনা তৌফম থোকপদা
মপাবু খ্বাইদ্দুদগী হেন্না লুফম থোকই।
র‍াংবা থাক্তা লৈবা লাইদগী হেল্লি হায়বগী
মপাদি অতিয়াদগী হেন্না র‍াংই হায়রি,
মপাগী গুণ খঙলবা পুকচেল চাউবা ভীম্বনা,

ময়ুম ফাওবা পান্দনা মপানা নিংবা থুংহল্লি
য়েংউ. মপা নিংলবা প্রভুরামচন্দ্রনা
চহি তরামরি বন্দা চংখিবা অদুনি ।
মপাঙ্গল ব্রাংপদগী বন্দা লোৎপস্তু নত্তে,
মপানা পেন্ননবগীদমক্তা তৌবনি ।
মপা হায়বসিনা মচাগীদমক ব্রাবি,
মচাগী য়াইফনবা লম্বা শীনবিখিরিবা,
কনানা শীংথাদুনা ওমগনি, মাহাক্কী গুণ,
করিনা লমন শিংগনি ? খল্লু চে মীওইবা
মপানা হায়ববু ইন্দবা মচা অদুদি
"তৌবিমন খঙভ্রবা তোল্লবা মচানি ।"
যযাতিগী অব্রাবা উবদগী পুরুনা
মপা নিংথৌগী অহাবা শিনখিবা অদুনি ।
জগৎ পিতা ওইবা ঈশ্বরনা ব্রারিবা
হিরমদু থিদুনা মচা ওইবা ঐখোইনা
নোমগনি জগৎকী মঙ্গলগীদমক্তা
ঈশ্বরদি জগৎকীদমক্তা ব্রাবিরি ।

---

## পৃথ্বী ।

লৈকাই খুন কয়ামুক্তা পানা অম কৌরি ।
পানা কয়ামুক্তা জিলা অমা ওই ।
মণিপুর লৈবাক অসি জিলা অমনি ।
জিলা কয়ামুক্তা প্রদেশ অমা কৌই ।
প্রদেশ কয়ামুক্তা তিল্লগা দেশ অমা কৌই ।
দেশ কয়ামুক্তা মহাদেশ অমা কৌই ।

মহাদেশ মঙানা পৃথ্বী অসি ওইরি।
এসিয়া, ইউরোপ, আফ্রিকা, আমেরিকা,
ওসিয়ানিয়া হায়বসি মহাদেশ অমমমনি।
ঐখোইনা লৈরিবসি এশিয়া মহাদেশতনি।
ভারতবর্ষ হায়বা দেশগী আসাম প্রদেশদা তারি।
পৃথ্বী অসিগী মওংদি কমলাগী মওংনি।
লৈবাক অমগা অমগা লোন্নবা ভমথৈদা,
সমুদ্র, চীং, তুরেন অচোবনা খন্দুনা লৈ।
করিগুম্বা লৈবাক্তনা মৈ থোকপা চীং লৈ।
অচা অচৌবা বন, উটকী পান্বৈতনা
চংলবা পাক্লবা লৈঙোইলম কয়া কয়া লৈরি
পৃথ্বীসি ঈশিংনা শরুক অহুমনি,
কংফান্দি শরুক অমত্তনি হায়না লেপ্পে
মীশীংনা বৃন্দ অমা মথাইরোম ওইগনি
খৃষ্টান, হিন্দু, মুসলমান, বৌদ্ধ
অসিনা, অখোইবা ধর্ম্ম ওইরি।
শা কৈ, উচেক চাউরা চাউরবা কয়া লৈরি
অঙাংশা জীব পূন্নমকসি ঈশ্বরগী মচানি
অহুনা ঐখোই পূন্নমক মুংশিনফম থোকই।

---

## ভস্মোই হায়গনু।

মথাপাংনা চেম্বরকপা ঈশিংগী পান্দমগুম
চপয়ুংনা নিংবা পুক্নিংহুদি হোংহনবা ভমদে,
মী অমনা ভমখ্রিবা পবক্তু অমম্ব ভস্ফে
ভম্নরোইদা হায়দুনা মুংগুক মুংজানফদে।

মখোং তেক্লবা মীদি লমজেন তম্বিবা য়ারোই,
ময়োল থোক্লবা মীসু ইশৈ তম্বিসি হায়দে
জ্ঞানীশিংনা য়ানি হায়না তাক্লিবা অদুদি
হৈয়ক্কনি থাজো পুক্নি য়ম্বা তৌফদে।
অমুক অনিয়ক শোয়রবসু চামরক হোৎননি
ফাওখ্রিবশিংনা হায় "ঐখোইসু য়াম্বা শোয়রকই"
তিংখং কিবা মীনা থম্বাল হেকপা ঙম্বা নত্তে।
অব্রাবা কিয়বা মীদি মুঙাইবা থক য়ারোই।
থয়া তুবা য়াওদনা চৎপা হৈবা নত্তেনে।
কংফান্দা ব্রারী তাদুনা ঈয়োইবা থক হৈরোই।
হোৎনবনা ঙমদবা লৈতবনি, অঙাংশা!
তম্মগা হৈয়কই, হোৎনবা মীনা ঙম্মকই।
পোৎ হায়বসিদি অথাবা মফমদা হৌবনি,
তৌরুবা শিনফমদু অদুম মহৈনয়কপনি,
মীগী লমগী শম্ভনা ফৈ হায়বা থক নিংফদে,
ইয়মগীসু শেমগৎলগা মণ ফবা য়াবনি।
সনগুমনা পংলবা ইয়মগী অঙাংবু,
শেমদুনা জ্ঞানী ওইহনবা য়াই থনগনি।
মীগী লমগী অশিংবা অঙাংগুম,
ইয়মগী ইচা ইনাওসু শিংগনি,
হোৎনবনা ঙমদবা লৈতে, তত্তনা তম্মাল্লু;
খঙদবা তম্মু, ঙমদবা হোৎনৌ।

---

## জিলাগী সভা।

সহর চাওখৎনবা থবক তৌরিবা সভা অহুবু মিউনিসিপ্যালিটি সভা কৌই। লম-তু শেংদোকপা, লৈফম য়ুম ময়াদা, নমথিবা লৈতনবা শীনবা, তু-খোং শেম্বা, কৈথেল-ইথেল তুকান্নচিংবা নিংথিনবা শীনবা, গাড়ীগী ট্যাক্স, ঈশিংকোনগী ট্যাক্স লৌবা, লমজাও থাউমৈ থানবা, পায়খানানচিংবা য়েবা অসিনচিংবা সহর চাওখৎনবা থবকমখৈ মিউনিসিপ্যালিটি সভাগী থবকনি। লমলমগী শাসি ভাসিনচিংবা য়েংদুনা হকচাং ফননবা শীনবা, লম খুদিংগী অনা-অয়েক্কী পাউ তাবা, সিভিল হাসপাতাল লিংবা অমস্থুং শিক্ষা বিভাগ অসিস্থু মিউনিসিপ্যালিটি সভাগী থবকনি।

জিলাগী ফনবা থনবা সভাবু ডিষ্ট্রিক্টবোর্ড কৌই। সভা অসিনা জেল, লমজাও (শোরোক) কী খাজনা লৌখৎলি, অমস্থুং তৌরুংশং য়েংই।

মাগী মাগী জাতকী সভা লিংববু লোকেল বোর্ড কৌই; মাহুদি—মৈতৈগী অমস্থুং পাঙনগী সভা অসিনচিংবা।

সদর বাজারগী পঞ্চায়ত অসিগুম্বা অসিবু ইউনিয়ান পঞ্চায়ত কৌই। থায়রিবা হিবম খুদিংগী সভা অমস্থুং থবক পুন্নমক অসি জিলা জিলা অহুগী মাজিষ্ট্রেট অমমম্না মিৎয়েং চংই। মাহাকপু কলেক্টরস্থু কৌই। মাহাক্তি ইংরাজ গবর্ণমেণ্টগী প্রতিনিধিনি। ঐখোইগী বড় সাহেব হায়রিবা অসি মাজিষ্ট্রেটনি।

## তুরেনগী মতমগী মান্নবা।

তুরেন অমস্মুং মতমগী ঈচেল অনিসি মান্নে
লংপা লেতনা চেল্লি অনিসিনা চৎলিবসি।
তপনা তপনা ইচিক হুন্না অম্সুমদি মচৎলি
শেন্না হায়জবনা ঙাহাক্তা লেপহনবা য়াদে।
হৌবু হৌখ্রবদি হল্লকপা তায়বা নৈত্রে।
মমৈদা লানঙমদ্রবা সমদ্রুনা অনিমক য়েংৎলরি।
ফিবম পূন্নমক্তদি অনিসি মতো মান্নরগা
ৱাখন খনবশিংগীদা খেন্নবা অমতদি উই
তুরেনদি জীবগী কান্নবঙাক থোকহল্লি।
চাংজো পাবা তুরেন্না মহৈমরোং চূমহল্লি।
পৃথীদা হৌরিবা পূন্নমক নিংথিহল্লি।
জগৎসিগী য়াইফনবা মশক ওইবিরি।
মতমদি জ্ঞানীগী লৌফমতবু নিংথিহল্লি।
অতনবশিংগা লৌফমদি নৈকংনা ওহল্লি।
ৱাখল লেতবা মাতুবু থোওইবিরমদে।
হন্নমক্তা য়েংদনা মাবু হুন্দোকপিরমঠ।
মরম অসিনা হে ভঙাংশা! মতম কুপ্না শীজিন্নৌ
য়াইথমুংঙাইনিংলবদি

---

## থোক্লগী খঙবা।

মমাংনৈঙদা মুপা অমনা য়ুম কুপ্পদগী তারক্লনা মখাদা নৈবা মুপা অমদা ননবদা, মখাদা নৈরম্বা মী অত শিরে। অহুদগী মুপা অহুগী মচানা নিংথোদা ৱারম পূন্নমক হঙৎনৈ—ননাই ঐগী

ইপা শিখ্রবনিনা ননাই য়ুমথক্তগী তারকপা মুপা অসিবুস্থ অঙাং ওহ্লনবিয়ু। নিংথৌনা মুপা অমা অতুদা হংই—নংনা হায়নিংবা করি লৈবগে? মুপা অতুনা হঙ্গৎলি—ননাই ঐনা খঙনা তৌবা থবক নত্তে, তারকপা অতুদা অমা অসি লৈরমত্রবদি ননাই ঐগী থব্রাই মাঙগদবনি। ৱা অসি নিংথৌনা খনবদস্থু চুমই হায়না নিংলে, নিংথৌনা শিখ্রিবা মী অতুগী মচাদা হায় "নং থোই-দোকপা মুঙাইতবা তেৈ য়মু, মানা খঙনা তেৈবা নত্তে, মাস্থু শিরমগদবনি, চেং খিৎ লৈরিবগী হিংহোবনি" ৱা অসি হায়বদা মুপা অতু য়াদ্রে। অতুদগী নিংথৌনা হায়—অতু ওইরবদি নং য়ুমথক কারো, মহাকপু, নপানা লৈয়ম্বা ফিরেপ অতুম্না লৈহল্লু অতুগা মথক্তা চোংথৌ; নপাবু শিহনখিবা মী-শি অতুম্না শিহল্লু। ৱাহৈ অসি তারবদা খম্থতুনা য়েংবদদি মহাক শোয়বা য়াবা ফিক্কম অতু উরে; কিরক্রতুনা ঙাকপিয়ু ননাই ঐ ৱাখল থেল্লুরে হায়তুনা মহাক্লা মপা হাৎপা মুপা অতুবু শাউবা তোকখি। মরম অসিনা অপঙবা মীদি মশাদা থোকহল্লবতদা লৌশিং তারকই। আশংবনা থোকত্রিদৈ খঙই। থোক্লগদবা উবা মীদি আদালততা কাহুনা পঙনা ৱাকৎতে।

---

## কবোক্কী দরগা মিছরিগী দরগা মাম্নবা লমগী বিচার।

মমাংঙৈদা হূয়ানবা অমনা শগুণ তৌবদগী যক্লাংগী ৱাচেৎ মচিন অতুম্বা অমনা থিন্দুনা শিরে, মাতুগী বিচার তৌনরকপদা মী অমা শিরবদি মী অমা হাৎপা হৌনরে, কনা হাৎকদগে হায়না থপ্লে। অমনা হায় মচিন তুম্বনা থিন্দুনা শিবনি হাৎপস্থু মচিন তুম্বদা লেংতুনা হাৎফম থোকই। খ্বাইস্থু চুমই হায়নরে।

মাহুদা হাৎকদবা মী অসিদি, য়ুম অসি শাবা মী অহু তারে হায়হুনা কৌখৎপদা মানা হায়, ফক্লাং খাবনা তৌজবনি হায়রে ফরাং খাবা কৌবদা রাচেৎ খায়বনা তৌবনি হায়হুনা রাচেৎ খায়বা অহু ফারে। মচিন তুম্বদা হাৎনবা থাঙ্গৎলকপদা মুপা অহু ময়াং কংমনখ্রহুনা কুমৈ য়েংবা মুঙাইরোই হায়না খন্নরে। অহুদি মশা লূম্বা মী অমা থিবা থোক্রে হায়হুনা থিরক্লে।

কাল অসিদা গুরু অমগা শিষ্য অমগা লৈবাক কোয়রকপদগী লম অসিগী কৈথেন্দা কবোক্কা মিছরিগা দর মান্নবা উবদা শিষ্য অহু চৎসি হায়বা য়াদ্রে। গুরু অহুনা হায়রম্মী লম অসি, রায়েল পথাপ্তি ভাগী লৈবাকুম তৌগনি, নং থুনা খুদোং থীগনি, কুইবা ফত্তে। মরক অসিদা অব্রাবা তারবদি ঐবু হেক নিংশিং-লকউ, ঐ লাকুনা কল্লগে হায়রম্মী।

শিষ্য অসিদি পোৎ হোংবা অহুদা পংচা-চং-থকপদা মশা অহু য়াম্না নোয়রে। হৌজিক অনোয়বা থিরকপদা শিষ্য অসি ফারে। মরম হংবদদি বিচার মতা অহু তাবদা য়াম্না নোক্লিংলহুনা, মাগী গুরু অহুবু স্মরণ তৌরকপা (নিংশিংলকপদা) গুরু অহু লেঙকুনা মাগা উনররে।

শিষ্যগী মচিন্দগী রারোল পুম্নমক তারবদা গুরু অহুনা শিষ্য অহুদা তাকই, নংবু হয়েং পুনশিবদা ইবানি ঐনা হান্না শিগনি ঐনা হান্না শিগনি হায়হুনা প্রপপ্রপ লাকশি। করিগীনো হংলগা হান্না শিবা অমনা নিংথৌ মফম শিনগদোরি হায়না খুমউ তাকই। মরমদি রাতা অমা মুঙাইবদা হেক্তা নাগ্নোক্কনি, মীগী অব্রা অনা য়েংদবা লমনি।

হয়েং অত্থ শিষ্য অত্থনা গুরু অত্থগী য়াথং মতুংইন্না তৌবদা নিংথৌ অত্থনা ঐগী ইফম শিনগদবা লৈরবদি তোক্তা তোকপিয়ো হায়দ্থনা মী হাংপা তোকখি।

অত্থদগী হন্নকপদা গুরুনা শিষ্যদা হায়—কবোক শাবদি মতম চংদে, ৱাদে, মিছরি শুংবদি চুদগী চুহি, চুহিদগী চিনি, চিনিদগী মিছরি থোকহনবা অসিদি ওন্থোক্লা ৱানা মতম চংনা নোমখ্রিবনি। অত্থনদি লৈবাক অসি অনোম্বা মীগা নোমদবা মীগা চপমান্ননা মুণ্ডাইনা চামিন্নয়ে হায়বা প্রমাণ ফংলি। হূরানবা ডাকু হায়বা অসি থবক শূনিংদ্রবা, অনোম্বা মীগী পোৎ হূত্থনা মুন্দুনা পাল্লিবা কাংবুনি। অত্থগুম্বা হূরানবা শিবদা করিগী নংবু তাংফম লৈ? অত্থনদি লম অসি হূরানবনা চাউবা মনিংতম্বা লৈবাক্তি, ময়নগী নোমজরিবশিংনা শেন য়াম্না থোক্লবা খনবিদ্রবা লম অসিদা ওইরক্কদবদি মী অপূম্বা নোমত্থনা কান্নদ্রে হারত্থনা অহূবা মশীং য়ামখৎলক্কদবনি, অপণ্ডবা পাণ্ডদবত্তনা নোম্বা তাখ্রে। অশিংবা পাঙ্গল চাউবা মীনা নোমফম থোকপা অত্থবু অমুনবা কাংবু ওহল্লবদি লম অত্থ শোয়দনা অশিংবা মীরৈবাক্লা লাকচফম থোক্লে অসিনচিংবা ৱারী শাত্থনা মপু মনাই চৎখি।

---

## হিংচাবা।

হিংচাবা হায়বা অসি অমুনবা নিংথিবা পোৎ চাদবা, শংলিবা মুন্দবা পোৎ চাবা, অক্ল অহেন পামদবা, ৱাখন ইখন খন্দনা, অপাম্বা, কলকপা, অশাউবনচিংবা মুন্দ্রিবা পোৎকী মশক ওইবা নিংঙক নিংঙকপা ৱাখন্তদা তোংবা মী জাৎনি। পৌরাণিকী মতমদা অসিগুম্বা মী য়াম্না লৈরম্মী।

মহাভারত্তা একচক্র কৌবা খুন অমনা বক কৌবা হিংচাবা অমগী চাকথাক ছনবগী য়ারী অমা লৈ। ( হিংচাবা হায়বা অসি মী ফত্তবা মুংশিহৈতবব্নি হায়বগী খুদম্—য়াবন হায়বা অসি বিশ্বশ্রবা মুনিগী মচা নিকোশা সঙীনা পোকপনি। মনাও বিভীষণদি বৈষ্ণবনি। প্রহ্লাদ বৈষ্ণবনি মপাদি হিরণ্য কশিপু কৌবা হিংচাবনি। কংশ হিংচাবনি, মচন্দি কৃষ্ণবু পোকপী বৈষ্ণবী দৈবকীনি। হিংচাবদি হৌজিকসু পিকথন্না লৈ।)

বক হিংচাববু ভীম্না হাৎখি। বককুম্বা মী ফত্তবা অমা খুন্দা লৈরবদা খুন খ্বইনা লিংজেন মান্নরবদি মহাক্না মরমচৎ ফত্তবা অদু কোকহনবা য়াগদবনি, নাইতোম চাবা শল কৈনা শোকপগুম খ্বাই মান্নদ্রবদি হিংচাবা অদু মথোই কাহল্লি।

---

লৌনম তৌবা।

চিনবানথোংদদি য়াম্না লৈবাক মচা তাবা, নোল্লুকপা, থমোই মনুংদদি য়াম্না মোৎপা, অদুম্বা মী অদুনা কলকপগী মুংশিহৈতবা থবক অমা পাঙথোক্কে হায়দুনা মপাম্থোংদদি ফশিন্নরগা মী অমগী মাঙনবা শীল্লক্লবদি মহাকপু লৌনম তৌবা মী কৌগনি। অসুম তৌবা মী অসি খ্বাইনা মাগী পুকচেল অদু থঙলক্লবদি মহাক য়াম্না খুদোংথীরকই। অমুম্বা লমচৎ অসি য়াম্না লৌনগনবা লায়নাগুম্বা অমনি। মানা জাত অমদা মীপূমতিংনা শীনখ্রবদি শোয়দনা জাতি অদুমা লৈখা তানা মাঙই।

লান্দা হৈশিংলবা শিবাজী মহারাজনা লৌনম তৌবা লৌশিং পুথোক্কুনা অয়াম্বা লানফম ঙমম্নুনা মমিং চৎখি। তৌইগুম্বসুং অদুম ওইবা, মহাক্ন তম্বিয়ম্বা লৌনম অদুনা মহারাষ্ট্র জংকী

মাঙনবা মরম ওইখি। মোগল সম্রাট আওরঙ্গজীবকী লৌনমা মমৈদা মোগল সাম্রাজ্য লৈথা তাননবগী মরম ওইখি। মীপুমতিংনা অমদি জাত হুপ্না করিগুম্বা চাওখৎহল্লিংলবদি, লৌনম হায়বা অসি থাদাকদবা ওই।

মী কল্লকপা অমম্বং মীগী য়াইফবা উরগা থমোই পুবা ঙমদবা অসি খ্বাইদদি উবনা, মপান্দা খ্বাই য়াহল্লগা মম্নুংদা মীগী মাঙনবা তৌবা অসিসু লৌনমগী থৃদমনি। জগৎ অপূম্ববু মুংশিবা ঙমখ্রবদি অম্মুম্বা ফত্তবা রাখল অসি কোকপা ঙমই। ঐখোইনা থরাই লুপ্না মুংশিরবা মী অমনা মুঙাই য়াইফরক্লগা করিসু কললকউবা লৈতে।

মপানা মচাগী চাওখৎচবা উবগা করিসু কল্লক্তে, মরমদি মপানা মচাবু মথৈ লৈতনা মুংশিরি। অম্মুম্না জ্ঞান লৈরবা মীশিংসু সমাজগী মী পূম্নমক মশাগুম্না মুংশি, অদুনা কললকপগী রাখল মাঙোন্দা চংদে।

তাইবংবানগী থবক অসি পূনশিচুপ্না মিংকুপ অমতা মাঙহন্দনা নোম্নফম থোকই হায়বা উরবা, অদুগা নোম্নিবা অসি ঐতগী নংও হায়বসু থঙলবা মী অদুগী মফমদা লৌনমগী রাখল করি অমতা চংদে। মরম অসিনা লৌনম হায়বা অসি জ্ঞানীশিংগী পোৎ নত্তে হায়না খঙগনি।

---

## থোজাললৈবা।

মাগী অরাবা উবদা রারিবা মী অদুবু থোজাল হৈবা মী কৌই। থোজাল লৈরবা মী অদুগী মশাদা অরাবসু লৈ, ঈশ্বরবু থোজাল হৈবা কৌই, অদুনদি ঈশ্বরসু রাবা তাই। অমুক

ঈশ্বরদি সচ্চিদানন্দনি মুঙাইবগী মশকনি হায়, অদুনদি থোজাল হৈরবদি মুঙাইবমু তাই। অরাবগা মুঙাইবগা মতম অমত্তুদা থোকপদি য়াদে, অমম্বগা অঙানবগা মফম অমত্তুদা লৈতে। অদুনদি ঈশ্বরমু ঙাহাক্তি রাই কুইদে, মাঙোন্দমু অরাৎপা হেক হেক্তি লৈবা তাই মরমদি মাহাকপু ইচ্ছাময় কৌই। মীওইবা ঐ্থোইদি মীগী অরাবা উবদা রারগা কোকহনবা ঙমত্রবদি পুনশিচুপ্পা রাবা তাই। অদুম্নদি ওইবদা তৌগদৌরিবা থবক্কী মচেৎ খিজ্জিক খিজ্জিকুং পাংশিনবদা য়াম্না মুংঙাই। থোজাল হৈবশিংনা রাবদি ঙাইহাক্তনি মাদুগী মুঙাইখিবদগী লোইফম লৈতে অদুনা থোজালবু থাগৎনরিবনি

থবক শূবা ঙম্লিবা মপাঙ্গল লৈবা মীনা নিদুনা মরেনগে খল্লিবা মী অদুদা দান তৌবা হৌনদে মাসিদা অপীবা মীগী লন অদু অরেম্বদা হুন্দোক্লে। লৌরিবা মী অদুমু নোম্নিংদবা হেল্লে, মথোই কাহল্লে অদুম্বা মী অদুবু দান তৌফম চাদবা “ অপাত্র ” কৌই। মহাভারত শান্তি পর্ব্বদা অপাত্রদা দান তৌরবদি ব্রহ্মহত্যাগী পাপ চংই হায়না ইরি।

রাখল লৈতনা দান পীরবদি সমাজগী মমুংদা চাক্লিবা মশাং য়াম্মকই, নোম্বা তনবা মীশীং হেল্লি. ইকাইবা খঙদবা মীমখৈদি নিদুনা মরেল্লগে হায়না নিংনৈ। মরম অদুদগী লৈবাক অদু লাইরবা মশীং য়াম্মকই। মনাপঙবা, মরোন থোক্তবা, মঙিৎ তাঙবনচিংবা মীওইচাদবশিংগী জীবিকা ওইনবা পাম্বে পীবা পাইরক খুদোংথীবা তারবা মীগী পিজ-পিথক হোৎনরম্বা মাসি অচুম্বা থোজানগী খুদম্নি।

গুরম-চৎলম খঙত্রবশিংগী থবক পীবা, লৌশিং মাঙলবশিংদা, জ্ঞান পীবিবা; য়োকপি থাকপিনবা লৈত্রবশিংগী মমা মপাগী

মশক ওইবিবা, চাক তাঙবা কোক্লবা তৌবিরিবা অসি পুম্নমক অসি পীনহৈবশিংনা উৎপা থৌজাল ঙাকনি।

মীনা থাগৎনবা অমদি, লমনশিংলক্লবা তৌবা দানবু রাজসিক দান কৌই। পীফম চাই চাদে খংদনা নিররবদি লৈজবা অদু পীবা অমসুং মীচং-মীখাই নাইনা তৌরিবা দান অদুবু তামসিক দান কৌই। দেশ সেবাগী, জীব য়োক্লবগী মতমচানা মীওই য়েংনা তৌরিবা দান অদুবু, স্বাত্বিক দান কৌই। শুপ্লপ্পা খরা উৎলিবা অসি মঙাইয়ে; খ্বাইগী কান্নবা মরমদা থোকপা, হন্দক মাসি তৌত্ররবদি জীব অমা ব্রাবা তারে হায়রবা মতাং অদু য়েংদুনা দান তৌ হায়না শাস্ত্রদা হায়রি।

শান্তি-ইংবা।

খোয়াংবা লৈতববু পুক্লিংইংবা (শান্তি) কৌই। পুক্লিংনা নিংঙকপা মতুংইন্না পুকচেল অদু খোয়াংবা মথল অমনি, মমিং কাম কৌই। মী অমবু মশক হেক য়েংলগা মুংশিদুনা মরুপ ওইনিংই। মদুদা ব্রাথন্না হায় থাক কদাই ফাওবা থাজবা য়াই, তুংদা ঐগী করম্বা অকায়বা লাক্কদগে, খন্দনা চান্ননিংবা ইথক্তা তাউববু কাম কৌই।

অশাউবা (ক্রোধ) হায়বা অসি ঐনা নিংলকপা অদুদা অফ-ফত্তা বিচার তৌদনা অঙম তানবা, ঙমদ্রগা পুকনিং ফাবা ঙমদদুনা ঐগীসু মীগীসু মাঙনবা তৌবা অসিবুনি। মাসিসু অচুম-চুমদা য়েংদনা অঙম তানবা তৃষ্ণা অমনি।

লোভ ( মীগী পোৎপু ঐগী ওইনিংবগী লাংতক্লবা ) হায়বা অসি অথোইবা খৌরাংবা অমনি। মাসিনা মী অয়াম্বা থম্লই মাংহল্লি।

শুম্মৎপা (মোহ) হায়বা অসি করিগুম্বা নিংথিবা পোৎ অমা উবদা ঐগী তৌফম থোকপা থবক কাউবা, মাতুদা পুক্নিং লুপথিবা অমসুং তিননিংবগী খৌরাংবা অমনি।

ময়াই কাবা (মদ) হায়বা অসি. ঐনা হেল্লি হায়বা উৎপা, মী উশিত্তবা পুকচেন অমনি। মাসি ময়াম নোম্নরকপা অসিদগী ঐতনা হেল্লি হায়নিংবা লাংতক্লবগী মশক ওইবা খৌরাংবা অমনি।

মীগী ফথিবা, কান্নথিবদা থমোইপুবা ঙমদবা, কলকচাউবা, ঐনা ঙমদ্রগা মীবুসু তৌহন্নিংদবা, মীগী ফত্তবা থোকহন্নিংদবা পুক্নিং লাংবগী মশক খৌরাংবা অসিবু মাৎসর্য্য কৌই।

চিহ্লাও থিবা ( অমিতাচারী ) হায়বা অসিসু কাম কৌই পুক্নিংনা চানিংবা অদু ঐগী অবস্থা য়েংদনা লাওবা মাসিসু খৌরাংবা অমনি। খৌরাংবা ময়াম অসি থাদোক্লবদি শান্তি ওই। মাসি থাদোক্লবা অভ্যাস তৌরগা অতুম মহৈনরকই চাং পূম্নমক্তা হকপা (থম্বা) য়ারিবা হকচাংনি, ওইহন্নিংবা ফিবমদা থম্বা য়াই! "চানিংবনা মহাওরে অপাম্বনা মফজরে" দোষ লৈতবা অফবা পোৎ চানিংবা তমউ অমসুং পামউ।

শাউবা হায়বা অসিসু চাং অমা লৈরি—ইশা ঙাকপা য়াবা ফাওবদি শাউদবা য়াদে। নোংমা নারদ মুনিনা বৈকুণ্ঠ কাবদা লক্ষ্মীদা লিল অমা লৈরম্মী লিল অতুনা ভক্তি কৎলি, মুনিনদবা নন্নাই ঐঙোন্দা, অম্না-অনা কোকপা ( মোক্ষপদবী ) ফংনবা পাম্মে অমতা তাকপিয়ু। নারদনা হায় "কনাগুম্বা জীব অমতবু চিক্কপা

তৌরুগন্নু ; অস্নুম তৌরবদি মোক্ষপদবী ফংগনি।" লিল অদু মুনিনা তাকপা মতুংইন্না কনাবুস্নু চিক্রে, ইংনা লৈরক্লে। মাগী অবস্থা অসি উবদা শগুন্নহানা লৈতুন্না থাবদা ঈহং-নাইহং শায়ে।

েংমা মুনি লেংঙকপদ লিল অদুনা হঙ্গংলি, প্রভো! করি অমতা তৌজদ্রবা ননাই ঐবু তেংপান্না থাবনা খাংবা ঙমদ্রে। নারদনা হায়—ঐদি নংবু নশা ঙাক্কনু হায়দে জীব মাঙনবা চিক্কনু, হাইনগনু, থাঙ্গৈশেংনা শাউনু, নশা ঙাকপা ফাওবদি শাউফে।

---

## ইম্ফাল তুরেন মপান্দা তাবা লমগী ব্বারী।

ইম্ফাল তুরেনগী মরু, শুক্লবা কৌক্রুলাইখাদা হৌবা উপুমগী মচুম থকপা মরম্ন। তুরেন মরু নকপা সেকমাইনচিবা লমদি অরুম য়াম্না হৌই। লাপঙ্গক্লবদি লৈপাক অফবগা তিন্নদুনা ঈশিং মহু মাঙখি। অস্নুম্না লাকপনা ইম্ফাল কোন্নুংগী মুংজেং পুখ্রি অসিদগী শ্রীগোবিন্দ মন্দির অমনবা লৈরিবা মশাং নোংচুপ পাংবা কোইদুনা তুরেল অসি চেল্লম্মী। খৃষ্টীয় শতাব্দী ১৭ ক মন্নুংদা তুবি চরাইরোংবনা কোন্নুং শেম্বদা নোংপোকলোমদা থৈদোকপা হৌই, গরিবনিৱাজগী বান্দা লোই। হান্নদি অঙে-পানবগী শঙ্গাইপুনশিবগা কোন্নুংগা তুরেন ব্রাংম-ব্রাংমা তারম্মী। খৃঃ শতাব্দী ১৯ হৌরকপদা মার্জ্জিৎনা কোন্নুং শেম্বদা তুরেন অসি থিঙ্গৎলগা কোংবরোমদা চেহ্লল্লম্মী ; অৱা লানগায়বা কান্দ অমুক হান্নগী মতৌগুম চেল্লি। হৌজিক তুরেনগী নোংপোক

পাংবদা হোংদোক্লিবা কোন্নুং ময়াগী মহাবলী উমং অসি মোংবহনবা কৌবা সাধক অমনা লাইনিংলম্বা মফম্মি হায়দুনা মোংবহনবগী উমং কৌনরম্মী। মাসিদা শ্যামশাইনা পঞ্চমুখী কৌবা শালগ্রামগী মওং ওইবা হনুমান অমা ফংদুনা লম অসি হনুমানগী খুবমনি হায়বা ফোংদোকখি, অদুদগী মপাবুং গরিবনিৱাজনা নুংজাও পুশিন্দুনা হনুমান ঠাকুর নিরূপণ তৌখি ; উমং অসিদগী খাথংবা তুরেন ৱাংমদা শ্রীযুক্ত কার্ত্তামহারাজগী ৱাঙ্গোলশং শারম্বা মফমদা পুখ্রি অচৌবা অমা তৌদুনা থম্মি, লম অসি কার্ত্তাগী পোকফমনি হায়দুনা জন্মস্থান হায়না মমিং চৎলি। মাসিগী খাথংবদা ঈরেল অমা লৈ, মাতুগী মপান্দা খৃঃ শতাব্দী ১৪ গী মন্নুংদা * শ্রীপতি কৌবা নিংথৌগা মোইরাং নিংথৌ সনাহোংবগা লাল থেংনৈ ; মোইরাং মকোক খোমদুনা ফুমখি হায়বগী লম অসিবু মোইরাংখোম কৌনরি। মাসি য়াম্না চাউবা চীংতুমগুম্বা লৈতোং ওইরম্মী, হৌজিক লম্বী শেম্বদা থরা থুগায়খ্রে।

কোন্নুংদগী মাইল অনি চথরগা শিংজমৈ থিওেন লৈ। মাসিদগী ক্যামগৈ ফাওবা মাইল অহুমলোম অসিতা চৎপদা নোংমা কোন্নরমই, হৌজিকসু মতুপ মতুপ অম্নুয়া ওইনা লৈরি। থরা চথরগা

* শ্রীপতিবু পোকপা চন্দ্রহাস নিংথৌনা মোইরাং লাই থুরম্বদা মনাহশিংগা মোইরাংগা অচৌ অপিশকী নাপন তৌনৈ ; মমৈদা শাওনরক্লুনা চন্দ্রহাসবু মোইরাংনা কোইথ্রবদা ফিথ্রেৎ ওন্দুনা চেল্লি, অদুদগী নোংপোকপাংনা মথং মথং চেল্লক্লুনা কামু শাইতোং থুম্নাংগাং পানবা কুমক্ল কাক্ল চিরাংপোইরাই হাও অহুমদগীসু মাইপীবা ফংলে। মমৈদা নোংপোক চিঙ্গোংল অমদা লোৎল্লি মফম অদু নিংথৌরোৎ হায়না মমিং চৎলি। অদুদগী থরা লৈরগা অন্দ্রো থুল্লাকপগী ফাঞ্জো মথাদা লোৎতুনা থাংই, থুল্লাকপনা মোইরাংগী লাঞ্জাবা লাকপা নুপা চামবু পেমদুনা পিজপিথকপদা পেমজি হাপ্তুনা হাৎপি, থুল্লাকপগী লৌশিন্দুনা নিংথৌ মফম হঞ্জিনখি। মপাবুংনা ৱাংশিবা অসি মমাসিজ লম্বাংসুগী মচিন্দগী তাদুনা শ্রীপতিনা মোইরাংবু লমন থুমগে থৌরাংলে। মনাই থাদুনা তুমুগী পনদা মোইরাং লান্দারকপগী মতো মাহললুই, অহিংদা তুমুবু শাউহল্লম্নগা লোম্না হল্লকই। অদুদগী কবোগা শ্রীপতিগা লৌতুদুনা মোইরাং থেংনখি।

লিলোংদগী মাইল ময়িরোম অমা তুবৎ তুরেন অহনবী হায়না, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা শেমখ্রি, নোংমা চৎকদবা লক্ষ্মীবু ঙাইহাক্তদা য়েনবা হোৎনবিরম্লি অমস্তুং থবক য়াংশিনবা তম্বিরম্লি।

তুরেন অমনবী মপান্দা য়াঙ্গোই লৈশাংখোং উমং লৈ, মাসি পাখংবগী খুবমনি হায়দুনা মমিং চৎলি। মাসিদগী খর চথরগা ময়াংইম্ফাল লৈ, মাসিদা খুমন নিংথৌ পাল্লম্মী।

খুমনগী হৌরকফম অসি পণ্ডিতশিংনা অস্তুম্না খল্লি—খোংজাই অমস্তুং তাংখুলনচিংবগী লোন্দা "মী" অমস্তুং "অতৈ" হায়বা শব্দ অসি মৈতৈ লোনগা মান্নে। হাওনা মৈতৈবু মী অতৈ "মৈতৈ" (অতোপ্পা লমদগী লাক্কুনা তারবা) হায়। লাই হিংচাবগী য়ারীদা হিংচাবনা লাইগী ময়াম্বনি হায়বগুম হাওনা মৈতৈগী ময়াম্বনি হায়। অদুনদি আর্য্যনা কলিঙ্গ ফাওবা লম শন্দোরকপদা মণিপুর অসোমদস্তু য়েরকপনি। মণিপুর—নাভী "খোইদৌ" লৈবাক অনি লোম্নবগী মরক্তা লৈবা চীংশাং, খয়াং নপকী মতৌমানবা অসিগী চীঙ্গোন য়াইখুরোক্তম্বা অসি উবদা মতা য়েংদুনা মণিপুর থোনখিবনি। অসোমদা লাকপা আর্য্যশিং অদু সলাই "শাখা" তরেৎ থোকনা থায় (মৈতৈগী মরক্তা খুমন হায়বা সলাই অসিনা মীশীং য়াম্বা হেল্লি)। মৈতৈ খুন্দারকপৈদগী গুরু ময়াম তিন্নবদা মুমিংনা খুমল্লবদা (থেংলবদা) লাকপা গুরু অদুবু খুমন কৌনখি খুমন হায়বা অসি গুরু অদুগী কাংবুনি। খুমন্না তাবা অসি থৌবাল তুরেল খোংবাল ইন্না তাই। মাসিদা কোম্নুং শারম্বগী খুদমস্তু লৈ, ফুড়াচীং কোবা অমস্তু কোম্নুং ময়াদা ফুড়া শারম্বগী খুদম লৈরি। নিংথৌরেনগী মচামগু ওইবা নিংথৌজা সলাইনা মৈতৈ খরা তাম্থোক্তনা কাছাড়গী মবাংতুরেল মপান্দা তাখি। (মবাংদগী ময়াং থোকখি)।

মাখোই খরা হল্লকুনা ময়াংইম্ফাল * কোম্নুং লিংখৎখি অম্নম্না ইম্ফাল তুরেল অসি অবাং ভমখৈদগী ইম্ফাল কোম্নুং ফাওবা মাইল ১৫, কোম্নুংদগী শুগুনু ফাওবা মাইল ৪০ শাংবা খোঙ লম্বী অসি চেল্লম্লগা চীংমুংহুক্তা তাখিদুনা চীন হাওখুল্লোমদা চেনখি।

---

# মণিপুরগী কান্নবা চীংগী ৱারী।

( নোংমাইজীং )

খৃষ্টীয় শতাব্দী ৯ গী মন্নুংদা কবিচন্দ্র নিথৌনা চীং অসিদা তাবা সেলোই লংমাই কৌবা হাওখুন অমা নিংঙাই চাওই হায়দুনা খুন্তাকহনখি মাখোইগী মিংদগী লৌদুনা চীং অসিগী মমিং নোং-মাইজিং কৌখি। শিব দুর্গাগী খুবম লৈ। মাসিগী খা-নোংপোক পাংবদা কাইনা হায়বা চীঙ্গোল অমা লৈ, মাদুদা শ্রীগোবিন্দ ফোংই হায়দুনা মমিং চৎলি। লৈঙাং পেকফম অথোইবা মফম অমনি

( লাংথবানচীং )

মাসিদা কার্ত্তা মহারাজনা কোম্নুং শারম্মী, গম্ভীরসিংগী সনা হাক্তক্তা অমুক শেম্মি, মাদুগী সুংথোংনচিংবা লৈরি। হৌজিক ঐখোইগী ইবুংঙো শ্রীচুড়াচান্দ মহারাজনা চীংথক্তা মন্দির শাদুনা সাধকশিংগী পুক্লিং পেহললি। চীং অসিদা হৌবা লৈহাউ, থৈবোং মমিং চৎলি।

---

* ইম্ফাল শব্দগী অর্থ যুমদা ফমদুনা বাখল তৌবা কাংবু।

( শুগুম্নুচীং )

মাসিদা উচান য়াম্না হৌই। পোইরৈতোন্না খুম্হোকপদা শুগুম্নু হঞ্জবা উনৈ, হঞ্জবনা মাঙোন্দা উশা মচা অমা লৈগী মশক ওইনা খুদোন কংলি, মানা য়াম্না পাম্নহুনা হায় উনবগী চান্নবদা পীবা পোৎ অসিগী মমিং উচান থোনখি। মাহুদগী উচান হায়না খঙনখ্রে।

---

( শুম্নুম্নুং ফংফম চীং )

শেকপাও, থোবাল তুবেল মক, কৈথেন মানবী, * শুগুম্নু, ককচিং মাসিনচিংবগী চীংদা শুম্নু পেরে থোকই। পেরে থোক্ক-ফমদা খোই মহুম শাগল্লি, সাজি মাটম্নু ফংগল্লি।

---

( থুম থোকফম )

শিখোং, ‡ নিঙেন, চলৌ, ৱাইখোংদা হৌজিকস্নু থুম শুংলি। তোর্বুং থুমখোং মাপন থুপখ্রে; বেঙ্গি, পেচি, য়াবিবোক্কী অৱাং-থংবা শজিখোং, ককচিংগী মমাংথংবা চীংদা থুম থোকফম লৈ। লোকপচীং অমস্নুং চীংঙাদম্নু লৈদি হায়ববু শীং লৈতবনিনা কান্নদে। থুমখোং লৈবা মফম অসি খুলাইনা নাগল্লি। থুমখোং ময়াম অসি চারিঙৈদা হুকানগী থুমবু হেন্না হোঙলম্মী।

---

* লম অসিগী থোংনাং, মাইরোংবী অমস্নুং চিংগোংলৈদা চাঙাং য়াম্না শৌই।

‡ মাসিদা হৌদোংদগী থরা হেন্না চাউবা নোক কৌবা শা অমা ফংই, মাহুগী মহাও অহু লাইথুং অচোবা কোক্লৈ।

( কোরি থোকফম )

অয়াগা তাইনবা মণিপুরগী ভমখৈদা কোরি থোকই। চকপি তুরেল মরিন্দা সনা থোকপা মুং লৈ, চন্দ্রকীর্ত্তিসিং মহারাজনা পুথোক্লম্মী।

( মুংগী পোং থোকফম )

থোংজাওয়োক্তা নুং তেঙ্গোং শানবা নুং ফংই। নুংফোপ হায়বা নুং জাৎ অমা লৈ থুগায়রগা লৈমুংদা লৈবা থরানমিচাক মথীগুম্বা মতুম অমা ফংই। মাদু কোক লুবা ফি শূবা ফৈ।

( চিনি শুংফম )

থৌবাল, য়ারিবোক, উংলোগী চুহিদগী চিনি অঙৌবা শুংবা য়াই লম অতৈগীদি ফত্তে।

মণিপুরদা থোকপা পোংচোই।

১। য়েংদৌ অমসুং রাপন গৌবা অইংবা লমদা তবোপ্পী কৌবা পানামনা মানবা অমা মরী চত্নুনা হৌই, মাদুগী মপানবু উচিথী ( পিপুল ) হায়না হিদাক শাজিন্নে। মতোন অত্থু শিংজু চানৈ।

২। গুঞ্জামালা মরা হিদাক্কি পানাগস্থু চানৈ।

৩। সাবন মরিনথা ( চিয়াইতা—চিরতা ) জংঙ্গালদা হৌই; মেরা থাদা পান্থী ফুকপা য়াই।

৪। মেথি, কালিজীরা, মৌরি (হোপ) মণিপুরদা হুনবা য়াই, কোমোইসু য়াম্না হৌই। পুলৈমানবী মহৈনা এলাচি ওইনা শীজিন্নৈ, মরাসু হিদাকনি। অসিনচিংবা সভ্য জাতিনা ললোন্নরিবা পোৎকুপ পুম্নমক মণিপুরদা থিরবদি শেল থোকফম য়াম্না লৈগনি।

৫। উনাপু (থৈবোং পাম্বী মকুসু নাপু মচু ওই), ক্বামানবী (শুকশুনি) লমশাংলোমদা য়াম্না তারকই; তোংজৈ মরিনগী চীংদা কোকনাল হায়বা উরী জাং য়াম্না হৌই, মাহু ফি শুবা কোকলুবা য়াই। লাঙ্গোনচীংদা দারুচিনি (অথুম্বা উকু) ফংই। থাঙ্গচীংদা অখাবা হিদাক ওইননবা উরী জাং অমা ফংই, ইথিং করাং চীংদা সোলোম চম্পা য়াম্না ফংই অসিনচিংবা। (থাঙ্গউরী—অখাবা হিদাকনি)।

৬। শামুময়া, লশিং, খোইরু, লিমোন য়াম্না থোকই মীরৈবাক্কী মীনা ললোন্নরি. মাসিগী মরমদা ব্রাখল খরা তৌনরবদি মী কয়ামুক্কী লাইরবা কোকপা য়াবা পোৎ থোকই।

---

## প্রেতপুরী।

### (মমাংভৈগী মী মব্রারক)

চৈরাপ্তা ব্রায়েনবা অসি মমাংভৈদি হৌজিক লাইরিক লাইশু শূরহুনা কুপথনা হোৎনরিবা অসুম্না তৌরমদে। চিন্তনা অয়াম্বা অহুম মতৌরম্মী। হৌজিক্কি নরক মশক য়েক্নুনা থেৎলগা, প্রজাবু নত্তবা কর্ম্ম তৌরবদি যমদা হয়েং লাক্করুগদবাদি অসিনি হায়রহুনা, ব্রারীগা লোয়ননা উত্তুনা তাক্লি। মাসি মমাংভৈদি চুম্না

ৱারীতা মরিরমঙ্গ। মমাংঙৈদা যমালয়গী ৱা অসুম্না লৌ'ন—সমদ্রু লিশিং অমনা শাউদুনা ঈথক হৌরকপগী মতৌগুম নিনখুৰা প্ৰেত পুরীনি, মাইগৈ অপূম্বদি ইমম মমই, বৈতরণী তুরেল্লা থাঙ্গবাংকী মতৌগুম লৈ। মাগী ঈর'ওথোম্না নোংখোংবগী মতৌগুম নিল্লি অচৌবা থাংদা ঈশিং লুম্লগা মনিনগা লোয়ননা শৌরকপা অদুগী মতৌগুম ঈথক হৌরি। মফম অদু মুমিৎ থা থোক্কে থৱাম্মিচাক লৈতে। মৈখুনা পূম্নমক মম্লগা মরক মরক্তা মৈরিগা য়েংনদুনা হেক হেক ঙাম্থোক্লকই। মুংশিংনা প্রলয়গী মতৌগুম শিংলি। ঙাহাক অমা মৈ ঙাক্তা ওইনা উবা, ঙাহাক অমা মৈখু ঙাক্তা ঙায়বা, অমুক্তা নিংথিরবা সনগী মচু ওইবা থোং অমা বৈতরণী তুরেল মথক্তা লৈ। অদুগী মথক্তা মী লখা লখা লাল্লি। কনানা হাই হাই লাউরি। কনানা হৱাওনা চংলি।

শ্রীরামচন্দ্রনা মায়াদেবীগা যমালয়দা লাকপদা ৱামনা দেবীদা হংই—করি মরম্না থোং অদু মচু ইতত্তনা হোংলিবা? অদুগা জীব ময়াম অদু মৈরানগী মতৌগুম্না থোং অদুদা চংলিবা। মায়া-দেবীনা হায়—থোং অসিদি মায়াগী মশকনি, পাপীনা য়েংবদা নিংথিবা লম্বী অচৌবা ওইনা উই। সংসারগী মীনা শিরগা ধৰ্ম্ম লৈবগীমখৈনা থোং অসিদা লাম্লগা প্রেতপুরগী অবা', নোংচুপ, নোংপোক্তা চংকনি। পাপীশিংনা তুরেল অসি ঈরোইদুনা য়াম্না ৱানা লানগনি, অদুগা যমগী দূতনা লৈবাই কাবদা য়ৈদুনা ফুদুনা লাক্লে।

দশরথ উনগদবগী শ্রীরামগা দেবীগা লোয়নদুনা ৱারী শানা শানা লেঙঙকপদগী প্রেতপুরগী থোং অদু য়োৱক্লে। চাউরবা যমগী দূত অমনা নোংথাকপগী মতৌগুম ঙংলদুনা লাউরকই, কনানো? যমপুরদা হৰচাং য়াওনা লাক্লিবা? থুনা থুমত্রবদি

দণ্ড অসিনা থাগনি হায়রকই। মায়াদেবীনা ত্রিশূল উৎপদগীদি, দূত অহুনা চঙ্গৎলি "ইবেম্মা লেঙউ মুমিৎ হুন্দোক্লকপদা সনাগী মচুনা মালেম ঙানবগুম লংলিবা থোং অসোমদা। থোং ঝাংমা লাক্লগা য়োৎকী থোঙ্গাল অমা উয়ে, অহুগী মনুংদা চক্রগুম্নবা মৈতনা ইঙাং-ঙাংনা লৈবা উই। মৈ অহুগী মনুংদা পাপী ময়াম হুক্লিন্দুনা লাক্লরি, ঙাকপি মু ঙাকপিয়ু হায়বা খোঞ্জেল্লা ইনিন নিল্লি, কনানা ইংলবা, উলময়ক্লা হুক্লিন্দুনা মশা থক থক নিক্লুনা লৈ। য়োৎশিঙয়োৎ মৈ ঙাংনা ইক্লগা মমিত্তা থিল্লি। শম পায়হুনা মণ্ডক্তা থাংনা য়াল্লি। কনা অমনা মৈ ঙাংনা ইক্লগা য়ুন্থী কোল্লি। কোন্দ্রগা যমগী দূতনা য়োৎশুক নুংশুক্লা য়ৈরহুনা হায়রি "পাপীশা। ধর্ম্মবু হেলা তৌহুনা পাপকী লমচৎ চৎলকপা নংগী নংগী কর্ম্ম ফলনি চাও।" তীল্লা মশাদা চিক্লি, বজ্রনখা হায়বা উচেক্লুনা মথুজিন থুম্না য়ৈশিন্দুনা তোংশা শেক্লুনা চারি। মায়াদেবীনা রামদা হায়রকই য়েংউ, মৈ ঙাক্তা ঙায়বা কুণ্ড অসি রৌরব হায়বা নরক তহুনি। মাসিদা হুরান-চিম্থীবা, মীনম-শোরিবা পূন্নমক লংশিল্লি। কুম্ভীপাক হায়বা চাউরবা থাং অমদা থাউ পিকথল্লা হাপ্লুনা ঙৌরিবা, কুণ্ড অসিদা পাপচেনবা ময়াম লাক্লরি। মথন্তা থবাই মাংহল্লবা পাপী ময়াম্বু মম্নবা গুহা মনুংদা হাই হাই লাউনা বন্দি থম্মি। অনাবা মীবু হিদাক চাও হায়বা য়াদ্রবদা খুদোংথীরগা মাইববু করি ঝারোফম লৌরিবা? ঈশ্বরনা নিয়ম পূন্নমক বক্লুনা থমখ্রে, নোংশি নোংদম্লিবা ইবুংঙো মাহাক্লা হায়বদি ইন্দ্রগা তন্নাবা তারগা ইবুংঙো মাবু মুংশিহৈতবগুম থোক্লিনবদি তৌহৈদে, নোংশানা শজি শঙাই তাক-বগুম তান্দুনা লাক্লবা মতুংদা ঙম্না লৌশিং তারক্লিবা অসিনি।

অসিনচিংবা রায়ী লাইরিক তাহন্দুনা লৈবাকপু পাপ কিহন্নরক্লি, সনা হাক্তক অসিদা মশক ফাওবা য়েক্তুনা প্রজাবু চৈরাণ্ডা য়েংহল্লি।

---

## পাম্বী।

লৈপাক্তা থিনগক্তুনা হোৌবা মখে পাম্বীনি মী, শা, উচেকুম্না মাখোইস্‌ থরাই পাল্লি মাগী মাগী মতম লোইরগ' শিবা ঙাকনি, মাখোইনা মথকলোমদা হাইগৎলিবা অতুম্না মখারোমদা মরা তাই। মাতুনা লৈপাক্তগী লৈহাও চিংথক্তুনা ময়েপ ফাহল্লি, অমসুং মুংশিন্তা তুদে। মরুদগী মথক্তা হাইগৎপা শরুক অতুবু পাম্বী মচাগীনা মখোক, অচৌবগীনা মউ কৌই, মখোক অমসুং মউ অসিনা মতোনগী মশামরেং মনা ময়াম অতু ফাতুনা মুংশিন্তগী চিঙ্গাক লৌশিল্লি। মাখোইনা উতোংগী মশক ওইনা রস পূম্নমক য়াতুনা থল্লগা মশা অতু চাওখৎনবা শীনথি। ঈশ্বরনা শেম্বা পোৎকী মরক্তা পাম্বী থিবিক অসিনা মীওইববু য়াম্না কান্নহল্লি মীওইবনা হিংনবগী অপোইবা পাম্বে ওইরি মরম অসিনা অঙাংশা! ইংখোলগী পোৎ থক ফোঙ্গদোক্নসু, মসুং মতম ওইরগা হেক্তুনা জীব ময়াম য়োক্নবা শীন্দোক শীঞ্জিন তোগদবনি, পোৎ থোওইদয়বদি তেংবানবা মপুনা শাউগনি।

ইবুঙো মহাক্না মুংশা পীতুনা পাম্বী অসি য়োকপি মুমিৎকী মঙান মুংশা অসি ফংদ্রবদি তাইবংপান অসি পানবা য়ারোইদবনি, মুংশা ফংদবা লমদা হোৌবা পোৎসি শকওই চাদে, মাতুদা লৈবা মীসু শবচু থোক্তে। মুংশাগী মৈশানা সমক্রুগী ঈশিং চিংখদ্রবদি, নোংসু তারোইদবনি অতুগা মুংশাগী মঙাম্না নমথি হঙ্গোই পূম্নমক

সাওহল্লি। মরম অসিনা য়ুমগী অকোয়বদা উ, রা পংহৌ হৌহনফদে মুংশা লাংহনগদবনি।

---

## ইমা।

ঐগী মীগী নাইদ্রিবা শিনথুপ লিনগোই লৈত্রিবা
শনাও মচানা খোশারি পুকচেন ইতিং তিংনা
মীগী নাক্তা চেনশিন্দুনা শান্নবা উবদা
অঙাওবীগী পান্দমগুম হাককন্নরি মপীনা
কয়া মুংশিনা চান্না মচাবু লেক্কুনা লৈ।
শনাওসিমু মমাবু কয়া মুংশিনা য়েংই।
করি লৈত্রবা শনবী শনাও অসি উবদা
নহা ওইরিঙৈ ইমাবু য়েংবহু নিংশিংই॥
ইমানা মথাদা কোন্দুনা অমৃত ইনবা
ঐনা রা ঙাংবা তারগা চুপ্পহু নিংশিংই।
ঐগী য়াইফনবতা খনবিরিবী হা ইমা!
মমা লৈবা মীদি পুনশিচুপ্পা অঙাংতা ওই॥
মমানা মচাগী রাবা কনানা শীংথানি।
মমাগী লমনবু কনানা শিংহুনা লোইনি।
মমা নিংদবা মচাদি তাইবংবান্দা য়াওই।
মচানিংদবা মমাদি কনানা লৈ হায়নি?
থমোই লুহনবিরকপা প্রেমভক্তি তাকপিরকপা,
ইমাগী মরম খনবদা মিংতা পি তারকই।
ইমাগী য়াথং ইনবনা লমন খরা শিংজগে,
অতিংবা পুকচেন্না ইমা পেহ্লনজগে নিংই॥

---

## হকচাং শাজেল।

মহৈ হৈনিং অমম্ভুং মুভাইনিংলবদি,
হকচাং শাজেন তৌ নশা নউ কলহলউ।
শাজেনসি ইথস্তা শান্নবস্থ য়াগনি।
স্বর শান্নৌ, খুনিংনা নাকতোন অনি চপশিল্লু,
নিংশিংউ ঈশ্বরবু, স্বর কন্না চিংশিল্লু।
লুখমদা খুৎ লোনশিন্দুনা পায়ু।
স্বর থিংদুনা হৌগংলু, ফমধৌ হন্না হন্না,
ভম্মকত্রবা মতমদা স্বর হোন্দোকউ।
খোঙগী শাজেন—"খুদোন তাবা মান্নহল্লু,
খুনিং কাংউ, খ্বাংদা খুৎ থমউ।
খুদোন কাংউ, খুনিংনা চৎউ,
খোংচেপ্না লেপউ, খুকউ হাইদোকউ।
হৌগৎ ফমথা হঙ্গৎহন্দা শান্নৌ"।
খুৎকী শাজেন—"খুৎনাম্মা তিংথোকউ।
খুত্থম ওইহল্লু, খুত্থম ওনশিন্দুনা পাম্বোম কোনশিল্লু।
পাম্বোম মরু য়েংরকউ, খুত্থম কন্না পায়থুনা শেগ্রাক্তা
ওনথৌ তুংলোমদা ভম্মথৈ পুথোকউ।"
পুন্নী শাজেন—"লৈপাক্তা খুদোম্না নেৎলু,
খুৎ অমনা কৈগন্দগী ভম্মথৈ মথাদা হুনথৌ।
নাম্মগী খুত্থম মিত্তা ওনশিন্দুনা খুৎ চপত্তিংন থাঙ্গৎলু।
য়েৎ ওই থেক্তোক থেক্তোক ওন্না ওন্না শান্নৌ।

খুত্থমদা য়েংঠনা থবাক লোংনা মাই হাইগৎলু।
উপ্রাকননা হিপউ, খোঙ চপশিল্লু, খুৎলোম্নৌ,
হকচাং চপ ভিংলগা তুংলোমদা কোনখৎলু,
য়েংকী খোংপা ওইগী খুৎকা তুংলোমদা চিংনৌ
খেকনৌ, ওই য়েং অমুক ওন্নৌ হন্না হন্না।"
( By নাইহু। )

---

## লম ঙাকপা।

চেকশিন্দবা মীগী পোৎ তুম্না মাংই।
মতুশোনবা মীগী পোৎ হুন্নানবনা হুই।
নাইভোম চাবা শল কৈনা শোকল্লি।
মরূপ সঙ্গ লিংউ খুদোং শেমউ।
ঙাকপা খুদোংচাবা মফমদা লন পৈগনি।
খুদোংচাবা ভায়বসি ঐখোইনা ঙাইফম থোক্কে।
ঐখোইনা শীঁজন্দুনা খুদোং চাহনগদবনি।
মীনা শিবনা চিন্দা, শানা শিবনা খোঙ্গুন্দা।
মনানা হৈমাং শাজনা লন ফোংনা থমগন্নু।
লন্‌গী মরমদগী মী থঙ্গাই মাংনৈ।
লন নম্ভনা মী হিংবন্নু য়াবা নত্তে।
ইমন হূয়বা মীহুবু য়ারকপদি চুমই
মভম য়ায়েল পথাপ য়েংদনা,
য়ৈরুরে ফাদোক ভাই; হাৎলে ফাসি চংলি।
মা অমগীদমক পুনশি মাংবদি চুমদে।
ঐনা মীওইনা পোকপদি মরম অমগীদমকনি।

ইশাদগী হৌদ্বুনা জীব ময়াম য়োক্লবা নোমগনি।
নোম্লিবসি ঐতগী নত্তে, ঐগী নত্তবগুম
থোওইদবস্থ য়াদে।
ঐগী ইরন মাঙহনবা মীদি ঐগী য়েক্লবনি।
য়েক্লববু ঙম্বদি পাঙ্গন্না খুৎলাইনস্থ ঙমই।
মাদু কৈবু য়োংহ্লিং চনবগুম্বতা থোকই।
মাগী পুকচেন্দু হলহনবদি খক ঙমদে।
থৌজান্না ঙম্বদি মপুকচেন হলহল্লি,
কৈবু শিকার তম্বিদুনা হামেং ওহ্লনবগুমই।
থৌজানসিবু পাঙদবা মীগী থবক কৌবা য়াদে।
অকনবা অচৌবাখবিক্লা তৌনরিবা ধর্ম্মনি,
যত্তবা ময়মচৎতুবু কোকহল্লবদি ঙম্বা কৌরে।
মী শেমগৎলু লৌশিং লৈংল্লু অচৌবা মী ওইয়ু।
পুখ্রিদগী লৈবাক পেকথোক পেকথোকখ্রগা,
ঈশিংদু য়াম্বা গুম হেনগৎলকপগুম,
জীব য়োকপদা চংখিবদি লনদু হেল্লকই মথং মথং।
খয়া হুখিবনদি পুম্মাঙ মাঙবা ঙম্মোই।
হুয়ানবা মী অদুতগী মাঙজগদবনি।
ঐতগী ইপুকথোক্লা ঐগী মাঙনবা তৌয়বা মী হাংফদে,
ঐবুস্থ ঈশ্বরনা হয়েং বিচার তোয়গদৌরি।
ঐবু ঙম্বা হুয়ানবা মীদুবু অপান্ননা ব্রায়কউম্মু।
নোম্বা অমস্থং থবক পাঙনবা ব্রায়ী তৌবিয়ু।
হুয়ানবনা মাঙথয়কপগী ব্রায়ী শাবিয়ু।
য়াদ্রবস্থ হন্না হন্না খুদোংথীরক্লগা খঙজয়কনি।
নপোৎ নয়ন চেকশিল্লু ঙম্বমথৈ মী খঙহনগম্মু।
মতাংচানা হুয়ানবা ফায়গা ভাক্তুনা কোকহনগনি।
ইয়েৌশিংনা ফংবমথৈ লন ঙাক্লমগনি।

হূয়ানবা য়োক্লগা হূয়ানবা মশীং য়াম্নকই।
ৱায়েন্না চুম্নগা থুম্না শিংলক্লগা,
হূয়ান-চিন্থী কোক্লক্কনি, ইংনা পানগনি।
য়েক্লবনা য়াম্লক্লবদি অচৌবা য়েক্লবা অমদা
চংহূনা, অচোয়বহূ তকথোক্কদবনি।

---

মাইগৈ খণ্ডউ।

পৃথ্বীগী মণ্ডং উৎনবা ফুটবোলগুম্বা অমা লৈ, মাহূ গ্লোব কৌই। চেদা পৃথ্বী অমম্মুং লৈবাক্কী মশক মণ্ডং য়েক্কুনা তাকপা অমা লৈ মাহূবুনা ম্যাপ কৌই। অনি অসি য়েংবা হৈরক্লগা মাইগৈ লাকপা মুড়াই। ঐখোইনা লৈরিবা লম অসি মুমিংনা থোরক্ল-বদা মুমিংকা মায়োক্লবা লমদা লৈরি, অহূনা ঐখোইনা উরিবা, মুমিংনা থোকপা মাইগৈ অসিবু নোংপোক কৌই। মাহূদা মায় ওল্লগা হকচাংগী য়েথংবনা মখা, ওইরোমদনা অৱাং কৌই; তুং-থংববুনা নোংচুপ কৌই। অৱাংগা নোংপোক্ক মরকপু চীংখৈ, অৱাংগা নোংচুপকা মরকপু কৌক্র লাইজী, খাগা নোংচুপকা মরকপু মোইরাং লাইজী অমম্মুং নোংপোক্কা খাগা মরকপু মৈরম কৌই। মুমিংকী অহানবা উৎলকপা মণ্ডল অসিম্মু চীংখৈ কৌই। চীংখৈনা হুল্লিবা অসি চীংখৈদগী মৈরম ফাওবা অসিগী মম্মুংদনি। মুমিং থানচিংবা লেংলিপাল্লিবা খিবিক অসিনা মাগী মাগী চংলিবা মাইগৈ অসি হৌজিক ফাওবা খক কায়রক্লি। মতৌ তমজো হে মীওইবা, মাইকৈ চুমনি। খল্লু খল্লু ঐখোইবু মাইগৈ কদোমদগী লাকপগে? কদোমদা চংকদৌরিবা?

---

## হুমিদাংব্রাই।

লিকোল খাউজাউ য়ানবরম সমত্রু লাইজ য়াংক্কং
তাইবং পুনশি পুন্থুনা য়োইময়াই অঙানবা ত রক্রু।
মিং পেন্না য়েংলম্বা নিংথিবা খিবিক্লা তিল্লিবা,
লেংলিপাল্লিবা পূন্নমক অমম্বা ফিরু থুম্নক্রে।
ইসলাম ধর্ম্ম চংলিবা মহম্মদন খিবিক্লা.
থবক থনা লেপ্লুনা মপুগী লৈফম নিংশিংলে।
চাউরবা উপালশিংসিনা মথুং হৎলা হংলথুনা
থেঙলে থেঙলে হায়থুনা উচেক রায়া কোনশিল্লে।
তময়া কোরি চেল্লক্রে চীংয়াখেঙ্গোং লাংলক্রে
চেক্লা চাকতাবা হঞ্জি ল্ল পোম্বিনা পোন থিরক্লে।
নোংদোন লাইরৈবাক শীন্থুংনা থাউমৈ পরেং খাল্লক্রে
শংবান্নবা ঈপাকথক্তা তনিক তনিক ঙাল্লক্লে।
চীংথৈ লিক্রু অহেনবা অপানবা মাইথোং ওইরক্লে।
ফুগায়না শাংপা থরো, মরুপ উবদা হরাওরে।
য়েংউ, হে মীওইবা হুমিং অসিনা তাখ্রিবসে,
ঐখোইস্নু অস্নুম্না তোগদবা থয়তা মঙাইরে।
পুনশি তেল্লি লাইরেক্কনু নথোদাং তোল্লক্কনু,
নংবু শেম্বা মপুবু থমোইদা চেংনা লৈহল্লু।
অমম্বসি কোক্লগা অঙানবা অমুক লাক্লনি,
মমলিঙৈসি লম্মাংননি অচুম্বা লম্বী চংসি।

---

## অষ্টমশুবা অধ্যায়।

### মণিপুর শেম্নকপা পুকচেন চাউবা নরসিংহ।

১৮২১ খৃষ্টাব্দদা মণিপুর অসি অৱানা চাইখায়রে, চহি তরেৎ চুপ্পা মৈতৈ অপুম্বা মমিংতা মপি-তা মকোক্তা মখুং হাপ্লুনা হাই হাই লাওনা চেন্নরে, অৱানা অফংবা অফাবমখৈ মুপী অঙাং খাক্তনা চিংতুনা হোইতুনা পুরে। পাঙ্গল লৈত্রবীশিংনা অৱাবা খোঞ্জেন্না লাউজবা অদু তাবিনবা মৈতৈ অমতা চোংথোকখিদ্রে। মথাদা মচা পমতুনা নারক-শীংলক্তা কোয়না লোৎচরিবীশিংনা মচা কপ্লকপদা, অৱানা তাররনি হায়তুনা মিপাইখ্রিবা! কনা অমগীনা মথাদগী মচা শক্তুনা পুখিবদা থা তরা গৰ্ভ পুতুনা মথাদা কোন্দুনা য়োকচরিবী থমোই শোক্রবা মমা অহুনা ৱারিবা চাক্লিবা অতুবু কনবিনবা কনাগুম্বা মৈতৈ অমতা পোকখিদরে। অসুম ওইবা লৈবাক্কী অৱাবা খুদোংথীবা লৈফম চাফম খঙদবা, থৱাই খুবাক্তা হাপ্লুনা চেন্নবা পাও অসিবু কাছাড় লৈবাক্তা গম্ভীর, নরসিংহ মচিন মনাও অনিনা তাবদা থমোই কায়গদবগুম ৱাখরে মৈতৈ অপুম্বা অসি মরু লৈদা লুক্কুনা অৱাবা ৱাখল খনখরে, মতম অসিদা নরসিংহনা ময়াম্বুং ইবুংঙো গম্ভীরসিংহ য়েংতুনা হঙ্গৎলি "খুদোংথীরক্লবা অসিদা মৈতৈ পুম্নমক্ক গতি লৈত্রতুনা ইচিন ইনাওবু থিরক্লে, মৈতৈশিং অসি ঙম্না মপাঙ্গল লৈত্রে, ধৰ্ম্মগী ফিবম ৱাৎপনা, সমাজ পুবা হৈতবনা, ৱায়েলগী পথাপ খঙদবনা ওাঙ্গোই পরেং ততুনা লিক্লাং চোইনা তাবগুম মৈতৈ অপুম্বা অমগা অমগা লিংজেল তিন্নদবনা মাখোইগী মপাঙ্গল অপুম্ব হিক-থতুনা তাখরে। মমাম্নবগা মায়োক য়াবা ঙমদ্রে। [illegible] হরাও-

কুমৈদা লুপ্লুবা মরম্মা জ্ঞান মাঙখ্রে, চোকথখ্রে, য়াম্না নোকখেবা মরম্মা বুদ্ধি হামচৎনরে য়েংবিয়্, পৃথ্বী দ্বিগ্বীজয় তৌরিবা ইংরেজ-শিংনা করম্বা কান্দা অস্নুক নোকখেত্নুনা লৈবা ঙম্বগে রোম হায়বা লৈবাক্তুনা লিংজেন তিন্নরিঙৈ বুদ্ধি তারিঙৈ, ব্রায়েল পথাপ চুম্লিঙৈ, অদুদা রোম লৈবাকপু মীনা লাকচবা ঙম্মমদে। রোমনা কেথোক মৌথোকপা হেক হৌরকপদা রোমগী অদুক পাক্লা শন্দোকলম্বা লৈবাক অড় ইতোই তোইনা কায়খ্রিবনি। য়াম্বুংনা ম্না বুদ্ধি বিচার অমুক্ত তৌবিয়্ অরাগী মথুত্তগী ইরৈবাক করম্না ঙাকশিগে?"

গম্ভীরসিংহনা হায়। ইনাও ইবুংঙো! মমুং তীন চংঙবা উনা তেক্তুনা তাবগুম মীতৈনা লৈখা তাখ্রিবা অসি মপাম্বোংদা ধর্ম্মগী ফিবম উৎলগা মমুংদা হৃদিমকপা অমম্বুং সত্যবু হেলা তৌবা মরম্না শ্রীগোবিন্দনা মাই ওম্বোকখিবনি। ইনাও ইবুঙোনা করি তৌসি হায়বা মাতুতা মহায়বিয় ইনাওনা লেপ্লা মাইগে অদুদা ইয়াম্বম্ব্ লেপ্লি।

নরসিংহনা হঙ্গৎলি। য়াম্বুংনা নিংথৌ ওইবিয়্, ননাই ঐনা সেনাপতি ওইতুনা অৱা তকখাইজগে নিংলি।

গম্ভীরসিংনা হায়। ইনাও ইবুঙোনা অম্নুম ফৈ হায়বা অদু মঙাই লান্দদি সেনাপতিনা চাউবনি, নোংশাগুম্বা ইনাওনি, হায়-রকপদা মতিকমক চাই ইচিন ইনাও চংতুনা সরকারদগী খুৎলাই লৌশি। ইংরাজ হায়বা অসি ঐথোইবু শেম্বিবা ঙম্বা জাতনি। মাখোইদা আশ্রয় তৌজসি। অম্নুম্না মচিন মনাও তান্নরগা সরকারদা হায়জত্নুনা খুৎসু খুৎলাই পুন্নমক ফংলে, অৱাৎ-অপা পুন্নমক লৌরে। মনাও ইবুঙোদা মৈতৈ তেঙ্গোল শেমননবা য়াথং পীরে।

নরসিংহনা মৈতৈ অকল-মথৌ পুন্নমক য়েংলদুনা হায়রকই "লৈপাক মচাশা! নখোইনা স্বজাতি অমুক্তং উদ্ধার তৌগে নিংলবা, অকনবা জাত অমুক্তং ওইগে নিংলবা, অদু ওইরবদি, জাতি মশেন মুংশিনৌ, মী খুদিংমক মানা মানা তৌবা থবক্কা খ্বাইগী কান্নবা ওইসমু হায়না নিংনৌ।

মাখোই মতৌসমু ঐদি য়ারবদি লৈখোক্লুনা পোত্থাহোগে হায়না খন্নরবদি, হৌজিক লৈখা তারিবা অসিদগী কদৌঙৈদসু কোক কাংখৎপা ঙম্লরোইদবনি। সেনাপতিগী য়াথং তারবদা মৈতৈ পুন্নমক ইমুংনুঙাইনরে; শিরবা হকচাংদা অমৃত থিক্লগা অমুক হিঙ্গৎপগুম, জ্ঞান মাঙদুনা লৈরম্বা মৈতৈ পুন্নমক সেনা-পতিগী ব্রাহৈদগী লৌশিং তারক্লে।

তিলানগী লানফমদা নবসিংহ।

রাজপুতকী ব্রারী পাবদা রাণা প্রতাপসিংগী চৈতোক হায়বা শগোল অমা প্রতাপকী মতিকচানা লৈরম্বগুম নরসিং সেনাপতিগীসু পত্রসিং হায়বা শগোল অফাওবা অমা মমিং য়াম্না চৎলম্মী। নরসিংহ সেনাপতি অসি থোইদোক্লসু নিন্দে, বর্ণদি কুলৈকুচুনি শরৈশরা য়াম্না হৈ। মীওই মীতোদি ফুলৈনরদুনা য়াম্না কল-হৈগদবগী মতৌওইনা হায়। লানফমদা মনাইশিং কনাগুম্বা খুদোং থোক্লরগা নাকন্দা চপ্পুনা খুদুপ মঙা পাকপা লানখোং চোংবা ঙমই। মনাইশিংবু লাকনফানবা শরৈশন্না হৈনবা পায়দুনা পায়দুনা তন্বিবদা সনা পুক্লিং য়াম্না মুঙাইবা পোকই।"

ইংরাজ গবর্ণমেণ্টগী মপান্দগী নরসিংহ সেনাপতিনা মৈতৈ অকনবা ৫০০ চামঙাদং সিপাই শেমগৎচরে, অসুন্না মথং মথং শেমগৎলকপদা মৈতৈ লিশিং অনি শুরক্লে মাসিবু ইংরাজ গবর্ণ-

মেণ্টনা মমৈদা মৈতৈ তেঙ্গোন হায়না মশক খণ্ডবিরক্লে, মাখোইগী পোষাক অমসুং খুংলাইনচিংবা অরাং-অপা পূম্নমক গবর্ণমেণ্টনা মতেং পাংবিরে ক্যাপটেন গ্রাণ্টন। মৈতৈগী রায়ব-রাতেম্বিবা মরুপ অমা ওইবিরে।

মৈতৈগী রাখ্রবা মতম অসিদা ইপি ইপা ওইবিরক্লিবা ইংরাজশিং অসিবু মৈতৈগী সাহিত্যদা মুংহন্দনা অরাবা মেয়েকনা ইতুনা থমগদবা ওই। তমথিরবা ময়াই কায়বা অরাশিংনা তারু তারুবা লমথুদিংদগী লন-থুম মুল্লে; থুংলুবা মক্ষমদা লৈরম লৈরম্বা অচা-অথক পূম্নমক লম লম অতুগী মীবু পুহল্লে কোজেংনা লৌরক্কা নৈবগুম লৈরক-থুল্লক লমহাং-তুহাং শীনথুংনা অয়্যানা চাইরে। মণিপুর অমসুং অসাম লৈবাক নৈরক্কুনা কাছাড় তম্পাক তারক্লে; মণিপুর অসি লৌ-শিং মতম চানা উজবা ঙমদ্রবা; নোমজ-লিকচবা পূম্নমক পলহনবিরবা অতুদা চাক তাঙবনা মী কয়া কয়া শিরে লৈয়ক থুল্লক অসিদা শা-ঙা অমসুং মী শিন-রকপনা য়াম্না নমথিরক্কুনা লায়না ফত্তা ফত্তবা লাক্লে, মশীং নাইদনা মী হেন্না শিনরক্লে মণিপুরগী রন ভঙ্গোল চীং-মান অসিদা কোয়না কোয়না চৎলদুনা মরৈবাক মুংশিবা সাধু খিুবিক্লা দেশ উদ্ধারগীদমক চিকপক চিকপক রা তাম্নরক্লে অনৌ অনৌবা খুৎপু খুৎপু লাক্কুনা গম্ভীর নরসিংহ অনিগী চরণ চংজররে, লৈবাক্কী অরাবা পাউ তাবদা গম্ভীর নরসিংহগী পুক্নিং তপথবা ঙল্লক্করে। কাছাড়গী তিলান চীংথক্কা, অহিংদা অরা তেঙ্গোন্না নিল্লক্লিবা অতুদি সংক্রু ঈথক হৌরকপা অতু মঙাইরে। কৃষ্ণপক্ষ ওইবনা মাইগৈ অপুম্বদি ইমম মমই, মতম অসিদা নরসিংহ সেনাপতিনা পত্রসিংহ কৌবা লানশা নেৎলদুনা মিংকুপ-নাঙ্গুম শিংব সফাই খরগা লোয়নবা অরা তেঙ্গোলপাংনা লাক্কাবা ঙেংলি।

অরাগী সেনাপতি চৌরিখোম, কালেম কৌবা অদু অয়াম্বা লাম্ফমদা ঙম্লরুহনা ময়াই কারে অকিবা লৈত্রে। নিঙাইবা লৈতনা অহিং অদুদা জগোই য়েংহুনা লৈরম্মী। মাখোইনা পুঙ্গ্রিগী রা লৌদবা অমসুং তনবা উবদগী ভাগ্য লক্ষ্মীনা মমাই ওংথোকখরে। অহিং অদুদা মৈতৈনা শরৌশীন্দুনা নোংমৈ কাপ-শিল্লে, মৈতৈ তেঙ্গোন্না তকশিল্লে, উশিংলমদ্রবা মৈতৈগী খুৎকন পাঙ্গল উবদা অরাশিং অদু অঙকপা ফংলক্লে, নরসিংনা অরাগী সুংশিহৈতবা উংখিবা অদু খল্লবদা শাউহুনা ফুজিনখরে। অসুম অসুম লান শোক্লয়কপনা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরক্লে তু উরক্লবা মতমদদি সেনাপতিবু অরানা পললোন পললোন নাইনা কোয়খরে। সেনাপতিগা লিংজেল চপমান্নবা মনাই ময়াম্না সেনা-পতিবু নাম্থোক্লকপা য়ানবা লম্বী শেমহুনা থোগল ইল্লক্রি মৈতৈগা অরাগা খুৎথেংনখ্রবা অদুদদি গুৎপু অনিমক্কী নোংমৈ চংদ্রে থাংগা তাগামক্তুনা ইলং লংখ্রে সেনাপতিনা কুইরবদি খুদোং থোক্ল-রোই হায়বা উরহুনা লৈহুনা লৈহুনা কোয়রিবা অরা অদু তাক্তক হাৎলম্লগা, মনাইশিংনা ফাৎলক্লিবা লম্বীতম্না পত্রসিং থোদোক্লক্লে, পনজিংথংলম্বা অরা অনি খুৎ নাম্মা নাম্মনা মশম পায়রগা ফাহুনা ময়াম্বুং গম্ভিরসিংহ মহারাজদা কৎলৈ। পত্রসিং অসিগী শিং-হৈবা, মীগী মতেংগুম লৌশিংতাবা, নিংঙক নিংঙকপদা খুৎলোয়বা অদু উবদা থ্বাইনা মহাকপু লুনা সেবা তৌহুনা থাকখি। তিলানগী লাম্ফমদা অরাশিং অসি মৈতৈগা মাইয়োকয়াবা ঙমদ্রহুনা মণিপুর-রোমদা হল্লিল্লে গম্ভীর নরসিং মচিন-মনাও অনিনা কাছাড়দগী মৈতৈ তেঙ্গোল পুরকুনা বিষ্ণুপুরদা লানবন শাররে সুমিৎ মঙানি চুপ্পা মণিপুরদা লান তৌরবদা অরা কায়হুনা চেনখ্রে, নরসিংহ সেনাপতিনা মণিপুরগী নোংপোক লোইখম কাওবা অরা তাম্থোকখি।

অসিদগী লাংথবানদা কোম্মুং শাহুনা মচিন মনাও মুঙাইনা পানমিন্নরে। কাছাড়দগী ১৮২৬ দা, সেনাপতি ওইরকপনা চহি তরামুক লৈরগা ইং সন ১৮৩৪ দা ময়াম্বুং গম্ভীরসিংহ মহারাজনা থুপখিবদা ময়াম্বুনা পোক্লম্বা চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ অঙাংনরা ওইরিবা অদুবু নিংথৌগী সিংহাসন্দা থাঙ্গৎপিরে। অঙৌসিংহ যুবরাজনা নিংথৌ ওইনিংহুনা থৌরাং তৌরকপদা নরসিংহ সেনাপতিনা হায় "য়াম্বুং মহারাজনা যাত্রা ওইরমদাইদা মচা পিশক অসিবু শেম্বিম্ম হায়হুনা ঐখোই খ্বাইদা শিন্নরম্ম, য়াম্বুংগী মাংদা মচাইবুংঙোবু নিংথৌগী সনা ফম্বান ফংহনগনি হায়হুনা ঐখোইনা ৱাশকখি। রাজবংশদা পোকপা ঐখোইনা হায়নখিবা সত্যবু করমতৌনা হোংগদগে পৃথ্বী জয় তৌরবা পাণ্ডব মঙামক্না ৱাহৈ অমত্তং পুথখিবদগী সত্যবু কিবা মরম্না উহৈ ৱাহৈ চাহুনা বন্দা চহি তরাহুমদোই অৱাবা খাংখি। সত্যগী মরম্না দশরথ নিংথৌ মথৱাই থাখি; সত্যবু হেলা তৌবা মরম্না নত্তবরা মণিপুরনা লৈখা তারুববু? ঐদি লম্হুম খোঙমী লাম্মী পুম্নমক ইথুত্তা ইলৈ লৈরবনি, অসিমকপু ঐগী ইচিন ইয়াথং অহুদগী হেন্দোকপা থবক করি অমতা তৌদহুনা লৈরিবনি। তৌস্নু তৌনিংদে নরসিংহ সেনাপতিগী পুকচেন ফজমনবা অসি উবদা অঙৌসিং যুবরাজ অহু থরা হোংননিংঙাই হোৎনরয়গা পুকচেন শেংউদবা মরমদগী মায়পুবা ভেম্নক্তহুনা মঙোমতা ইকাইরক্নুনা মরৈবাক থাদোক্নুনা অসামলোমদা লেঙখি। মতুং অসিদা প্রজানা সেনাপতিবু নিংথৌ ওইহন্নিংহুনা হঙ্গৎলি, "যুবরাজস্নু চেনখ্রে, গম্ভীর নরসিং হায়বা মচিনমনাও অনিমক্না মণিপুরগী অৱাবা কনবিহুনা, মচাগী মঙোঙুম য়োকপিরক্লে হৌজিক অসিদা ময়াম্বুং ইবুংঙোনা থুপখ্রবা অসিদা মচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহনদি পিকমল্লিবনিনা নিংথৌগী সিংহাসন্দা ফম্বা মতিক চাদ্রি, সেনাপতিনা নিংথৌগী সনা ফম্বান্দা তুক কাবিরবদি ননাই ঐখোই প্রজাগী পুক্লিংদা য়াম্না মুঙাইজগনি"।

সেনাপতিনা লৈবাক প্রজা য়েংহনা হায়রকই, খ্বাইনা তাক-পিন্নিবা অসি ঐবু মুংশিবিহুনা হায়বিবনি, ঐ য়াম্না মুংঙাইজৈ,-মাসিদা, স্বর্গতি ওইখ্রবা য়াম্মুং মহারাজ লাইরৈবাক্তা ঐবু ব্রায়েল চুম্লিবরা হায়হুনা য়েংলিগনিদো অহুনা হৌজিক ঐনা তুক ওইবা য়াবদি যুবরাজদি লেঙখিহুনা তেখাওদা বৃন্দাবন যাত্রা ওইখ্রে হায়বা তাবে, অসিনা ওইবিনবা লৈত্রিবা যুবরাজগা সেনাপতিগা অনিগী থৌ অসি ঐ পুখিগে অঙম অথৌ ময়ামগা ঐগা লোয়ননা নিংথৌগী থবক অসি অস্থুম মপুখিসি, চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহগীদমক সিংহাসন অসিদি থম্লিংলি, ঐনা পাক ওইরবদি ঐনা পোকপা ইচাশিংনা চন্দ্রকীত্তিগী মরীদা য়েৎপা হায়বা অহু থোক্লরগনি, নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হায়বা অসি য়াম্না থমোই কনগল্লি হায়বা উহুনা সত্যবতীগী মপানা ভীষ্মবু ব্রাশকহনখিবা অহুনি। মরম অহুনা ঐ নিংথৌ ওইনিদে। অসি হায়হুনা সেনাপতিনা যুবরাজগী ফমস্থু লৌশিল্লে লাংথবান্দগী ইম্ফাল কংলৈ মপুংয়ায়দা সনা কোন্নুং তোঙ্গংলে। অস্থুম্না নরসিংহনা যুবরাজ ওইরকপা অসি চহি মাপল্লোম শুরক্লবদা মচা ইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহগী মমাসিজা ইবেম্মা কুমুদিনী মহারাণীনা নুপী ওইবগী ব্রাথল থেনবা অমা পোক্লকুনা মন্ত্রিময়ুমগী নবীনসিংহ কৌবা অমগা, যুবরাজগী মাঙনবা লোন্না ব্রাতান্নখরে। নবীন্না ফিন্নুংদা লোন্না থাং পুরক্কুনা, যুবরাজনা শ্রীগোবিন্দগী সন্ধ্যা আরতিগী দণ্ডবৎ কৎলিঙৈদা থাং অহুনা পান্থোমদা খনখ্রে। থাংগী চৈনাখোন ফংলহুনা অহু য়ৌনা ব্রারবা মতম অহুদা মশাগী অব্রাবা খন্দনা ঐবু শোকপা অসিনদি চন্দ্রকীত্তিস্থু শোক্লরগনি, ঐ মাঙলবস্থু ইচাগী মথব্রাইতদি হিংহৌ-সমু হায়বা থল্লহুনা চন্দ্রকীত্তি শোক্কনি হায়হুনা সনা য়াথং কল্লা লাউরকই। অহুগী তুংদা মনাইশিংনা নবীনবু ফাহুনা অঙাং

ওহল্লনখি। কুমুদিনী মহারাণীদি মচা পুহনা কাছাড়য়োমদ, চেনখ্রে। যুবরাজনা জ্ঞান তারক্লবদা ব্রায়ম পুম্নমক তারদুনা ঐ করি অমতা ব্রায়োবা তৌদে হল্লকউ হায়বদা য়াখিদ্রে।

---

## যুবরাজনা সিংহাসন কাবা।

যুবরাজ মুমিৎ শিংবুম কয়ানিমুক লায়কম্নরগা ফরক্লবদা লৈবাকপ্রজা খিবিক্ল হঙ্গংলি ধর্ম্ম কায়বা থোক্কে নচাইবুংঙোনা মসুংমতম ওইদুনা করিগুম্বা হল্লক্লবসু খুবম মফংহনবিয়ু হৌজিক্কি নিংথৌ ওইবিদবা য়াদে, ইবুঙোনা লৈবাক ঐখোইবু শেম্বিরকপনি অমসুং কনবিরকপনি সিংহাসনগী মতিক চাই সিংহাসন কাবিরো হায়দুনা কৌবিমন ফোংবগী মশক ওইনা মৈতৈ পুম্নমক্লা ইং সন ১৮৪৪ দা কোকথক্তা রাজমুকুট কংখ্রে। অদুগী মতুংদা নরসিংহ মহারাজনা ধর্ম্ম কায়দনা য়েক্লা তিংখং পুম্নমকপু ঙাক্তুনা লৈবাক ময়া তপ্না পাল্লক্লে।

সিংহ হায়বসি নোংশাবুনি। মহারাজ অসিগী নামদি নরসিংহ কৌই নামগী মতিকচানা নোংশানা অশোনবা জীববু তান্দবা মপা-চাবতগা মায়োক্লবগুম্বা, তোল্লববু কনবিবা লমহেনববু লাকপা নোংশাগুম্বা মুপানি। মাদু নিংশিংনবা খুদমসু কংলাগী মমাংদা অকিবগী মশক ফংলবা চাউরবা নোংশা অনি শাদুনা থনম্মী। নরসিংহ মহারাজনা চহি তরেৎ লৈবাক অসি পাল্লম্লগা ১৮৫০ ইং সনদা বৃন্দাবন যাত্রা ওইখ্রে। অসিগী মতুংদা মজাইবুঙো চন্দ্র-কীর্ত্তিসিংহনা লেংঙক্তুনা মণিপুরদা মতম কুইনা পানখি। মাসিগী শুগাইবা ব্রারীদি গ্রন্থকায়গী মণিপুর ইতিহাস অনিশুবদা ফংবিগনি।

---

## মুঙাইবগী মমুংদা আয়াবা।

### বীরবাহু তুবা।

সনজীংগী চীংদোন্দা,
শিবনা যগুনবা নেংপগুম,
সনাগী থাক চামদা,
রাবণ ফমতুনা লৈরম্মী।
অঙম অথৌ ময়াম্বা,
মরু লুকুনা থৌগল্লি,
মানস কোৌবা পুখ্রিদা,
থম্বাল ময়াম শাংপগুম,
সনানা ইঙ্গি, শিংলগা,
মণি মুক্তানা থাম্বনি,
অঙাং-অপক অশংবা,
লিক্লাই য়ুম্বি ময়াম্মা,
য়ুমথক পুবা অত্তুদি,
বাসুকী মতোক লিশিংনা,
পৃথ্বী পুবা মাল্লিবা,
রাসগী মাগুপ মমুংদা,
অনৌবা উনা য়ানবগুম,
পদ্মরাগ মোয়োকোৎ,
মণি মুক্তা ময়াম্বা,
ইলং লংনা য়াল্লিবা,
অহিং মুংথিল থারদরে।
মুপী ময়াম তিন্দুনা,
সনা হুকচাং থৌগল্লি,

অমনা ছত্র খাম্লল্লি।
রুদ্রেশ্বর মহাদেবনা,
পাণ্ডবকী থোঙড়াকপগুম,
রাবণগী থোঙ ঙাক্লিবা,
হিংচাবশিং য়েংবদি,
গম্ভীর ওইবা মুর্তিনি।
বসন্ত কৌবা ঋতুনা,
উতংপা লৈতনা থৌগল্লি.
মণিমুক্তা ময়াম্না,
ততুনা ঈথক কাহল্লি,
থাক চামা য়াংখৈদা,
রাবণনা ফমদুনা লৈরিঙৈ,
মকরাক্ষ কৌবা হিংচাবা,
কুবেরগা মান্ননা কল্লবা,
হকচাংদি ঈনা পুমঙাংঙাং,
মখুৎ যোড় তৌহুনা,
মচা ইবুঙো তুবগী,
থৌগন পাওবু হঙ্গংলি।
বীরবাহু তুবা পাউহুবু,
সনা নাকোং তাবদা,
সনা পুক্লিং ব্রাখরে,
মিৎকী পি শিন্থবা,
গঙ্গানা ঈহৌরকপগুম,
হকচাং পুমচোৎ চোৎলক্লে।
থম্না লৈরে হায়রগা,
হা দূত অথোবা!
নংনা তম্বা পাউসিবু,

মচগী মতৌ মাল্লিনে,
লাইয়াম কায়হনা চেনখ্রবা,
খোমদ্রোকপি মপান কায়বগুম,
ইচা বীরবাহুবু
লফুনা মচি কাগুম্বা,
চাকনিবা রাম কৌবনা,
হাংলে হায়বা রাসিদ,
লৈ পরেং অমনা,
অকনবা তেরা পাম্বীবু,
চিংথুবা য়াবরনে দূত,
ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা,
সঞ্জয়গী মচিন্দুদগী,
ভীমনা মচা চামবু,
হাংলি হায়বা তাবদা,
পুক্লিং রাবা অহুগুম,
রাবন নিংথৌ রাখরে।
নিংথৌগী রাবা উবদা,
শারণ কৌবা মন্ত্রীনা,
নিংথৌ য়েংহুনা হঙ্গংলি।
অয়োন অরান ঙাকপিয়ু,
বজনা চীংদোন থুগায়বদা,
চীংনা মফম কেংবরা?
পোক্লবদি শিবা ময়েকনি,
মায়ানা কুপ্পা হকচাংনি,
কুইনা রাবা হৌনদে।
মন্ত্রীগী রা তাবদা,
রাবণ কপ্পা তোকখরে।

দূতনা লানবাউ হঙ্গংলি,
নচা ইবুংঙো অহুনা,
থেংনরকপা লানফমদি,
লফুগী বন মন্নুংদা,
শামু লমশা চংহুনা,
নৈথেক্লকপা মাল্লিনে।
নোংশাগী লালাও তাবদা,
নোং থাকপা মাল্লিনে,
ঝন ঝন লাউরবা,
লিরি খোঞ্জেন তাবদা,
নাকোং য়ৈশিন্নরকই।
নোংথাং কুপ্পগী মতৌগুম,
য়েক্লবা তম্না ফংজিল্লি।
নচা ইবুংঙো অহুনা,
য়েক্লবা তেঙ্গোন হাংপদি,
কনানা মশীং থাগনি।
খরা লৈরে হায়রগা,
রাঘব রামচন্দ্রনা,
মকোক্তা জটা শেপলৈনা,
সারঙ্গ কোবা লীরুংদি,
খুহুম চেৎনা পায়হুনা,
মমিৎ আনি অহুদি,
অলাত চক্র মতৌগুম,
উরুরু লৈনা য়েংহুনা,
মখা ক্রকক্রক চিকুনা,
মপাম্বোম ক্রিকক্রিক তিংহুনা,
নচা ইবুংঙো তমহুনা,

রামচন্দ্র ফুজিল্লি।
নোং মুংশিং কনবদা,
সমদ্রু ঈথক হৌবগুম,
লান অত্থু য়েংবদি,
অকিবা মশক ফংলক্রে,
লানগী মৈখু মমুংদ',
য়োং হিংচাবা য়েংনরে,
থাং তা হায়নবা,
নোংথাং কুপ্পা মাল্লক্রে।
মুংশিংনা শিংপা মতমদা,
খোমজ্রোকপি মপান কায়ত্থনা,
মাইগৈ খুদিংদা পাইবগুম,
হিংচাবা তেঙ্গোল কায়খরে।
নচা ইবুঙে' তুথরে,
অত্থু হায়বা তাবদা,
অব্রা মুংশি য়াম্মনা,
অঙম অথৌ পুত্থনা,
মজ্জা ইবুঙো তুফমত্থু,
সনা মিংয়েং তারকই।
উদয়গিরি মথক্তা,
মুমিংনা ছন্দোক্রকপগুম,
সনাগী চেকপন মথক্তা,
রাবণ নিংথৌ কাখৎলে।
মাইগৈ মরি মিংয়েং তাই
সনাগী সঙ্গাই ময়াম্না,
পরেং পরেং লৈরিবা,
মরক মরক অত্থুদা,

লৈগী বননা নিংথিবা,
লূরবা ঈশিং মথক্তা,
থবো থম্বাল খিবিক্লা
ফুগায়না শাৎপা উবদা,
পুক্লিং হূনা ফজরে।
মণি মুক্তানা থাম্লিবা,
মন্দির পরেং লেংলিবা,
নিংথিরবা পোৎনা থল্লবা,
তুকান পরেং লেংলিবা,
তাইবংপানগী নিংথিবা,
পোংকী মপৈ খিবিক্লা,
সনা লঙ্কা থল্লিবা
শগোন শামু মপৈনা,
রথ দোলাই ময়াম্না,
থল্লবা থোং মাপনবু,
চেৎনা য়ৈশিনখরেনে।
থোং ব্রাংমা অদোমদা,
লৈভোইগী পান্দমগুমখরবা,
থব্রানমিচাককুম য়ামখরবা,
য়োংগী তেঙ্গোল উরক্লে।
শামু মচুম তাগুম্বা,
অঙ্গদ কোবা যুবরাজনা,
মখা মাইকৈ পুরম্মী।
নোংচুপথংবা মাইকৈদা,
থা উদবা থরোনা,
মচুমক্লা লৈবগুম,
ইবুঙো রামচন্দ্রনা,

সীতা উদবা মমমগী,
বদনচন্দ্র লাংশিন্না,
লৈরম্বত্থ উরুরে।
অঙ্গাংদা সুগ্রীবা নিংথৌনা,
নোংপোকথংবা মাইকৈদা,
নীল সেনাপতিনা,
ঙাক্তুনা লৈবা উরুরে।
মনাও ইবুঙো লক্ষ্মণনা,
বিভীষণগা লোয়্ননা,
মুংশিংকী মচা হনুমান,
পুত্থনা লঙ্কা কোয়থরে,
শাতানবা ময়াম তিন্দুন',
নোংশাবু কোয়বা মতৌগুম,
কাংজা ক্বাক লমতূইনা,
যোগিনী ডাকিনী কৌবনা,
ঈ থক্তুনা কোয়রক্লে।
ময়াইকানা জগোই শাই।
কনানা মথক্তা পাইখংলি,
কনানা মখাদা শা চারি।
ভোংশা মুন্নবা মরমনা,
অমগা অমগা চিক্করি,
ময়াম মথে লাংত্থনা,
হয়াঙনা খেক্লা খোংলকই।
কনানা ঈথক্তা ঈরোইরি,
চীংত্থম চীংত্থম ফারবা,
শামুগী মপৈ খিবিক্লা,
তুত্থনা লৈবা উবদা,

অকিবা মশক পোকহল্লে।
মুংশিংকী মমাং থারম্বা,
শগোলগী মপৈ খিবিরুা,
চেনবা ওমদনা তুখরে।
মখোংমখুৎ করুবা,
য়োং হিংচাবা মপৈনা,
লাউ-খোংহুনা তুরম্মী।
চুঙ্গোই কবাকথাং লোয়ননা,
বানফক ফুরিৎ ময়াম্বা,
ভিন্দিপাল তা গদানা,
কাওশিংগী মতৌ ওইখরে,
ঈনা লৌখোং চেল্লক্লে।
মণিগী মশক ওইরিবা,
কিরিটি কুণ্ডল খিবিরুা,
ইলং লংনা তাউথরি।
যন্ত্র য়েবা মীশিংনা,
যন্ত্র ময়াম লোয়ননা,
ফিরান পায়বা মখৈনা,
ফিরান খুত্তা পায়হুনা,
ঈগী মথক্তা তাউথরে।
ময়ামহুগী মরক্তা,
বীরবাহু অকনবা,
তুহুনা লৈবা উরক্লে।
ঘটোৎকচ অকনবা,
হেড়েম্বীগী মচাদো,
কর্ণগী একাম্নী তাজিন্দা,
তুহুমা লৈবা মতৌগুম,

বীরবাহু তুরম্মী।
অশিব মচা উবদা,
হীক্লা হীক্লা কপ্লুনা,
অত্নাবা মৈচাক ফোঙহনা,
খোঙ্গেল ব্রাংনা লাউরকই,
হা বীরবাহু অকনবা!
নংনা শিবা মতিকচাই।
অকনবা হায়বা অসিদি,
ল্যান্দা শিবা ময়েকনি।
মুপাখোক্লা শিখিদা!
নরৈবাকী মরমনা,
অকনবা লানফম থেংনবা,
অকিবা লৈতনা লোক্লবা,
য়েক্লবা ময়াম হাত্লুনা,
আয়ু লোইবগী শিবনি,
ঐগ পুক্লিং ব্লারয়োই;
পোক্লবদা শিবা ময়েক্লি।
হা বিধি নোংদম্বা!
ভাইবংপান হায়বা অসিদি,
নংগী লীলা শাম্নফমনি,
মীনা ব্লাবা অসিবু,
নংদি য়েংবা মুংভাইবোই।
মচানা ব্লাবা উয়গা,
মপানা চেম্না ব্লারিবনি।
নংদি জগৎকী মপানি।
জগৎনা ব্লাবা উয়গা,
নংনা মুঙাইবা অসিদি,

করিগী মচৎনি হায়বগে।
হা বীরবাহু শকহেনবা,
ইপা করম্মা য়েংশিবা!
রাবণ কৌবা নিংথৌদো,
সুংবং সুংশা য়াইখরে।
অশুম্বা ৱাহুনা য়েংবদা,
থ প্লবা লমদম অহুদা,
গুম্ভীর মকরগী লৈনফম,
চাউরবা সমদ্রু উরক্লে।
লৈচিন্দা পাইবা নোংগুম্বা,
নূং ঈশিংদা তাউরিবা,
তামথরবা লমদম অহুদা,
লৈচিন নোংফাই ওইনবু,
থাপ্পা য়েংবা উরক্লে,
নাক য়েঙা য়ৈরকপা,
ঈথক কোঙ্গোন কারকপা,
ঈশিংগী ঈরৈ য়েংবদি,
লিন ময়াম তিন্দুনা,
জগোই শাবগুম নিংচল্লি।
নিংথিবা করি হায়শিগে,
চাউরবা পনগী মথক্তা,
অতৎ অখম লৈতনা,
য়োংগী তেঙ্গোল চৎপদা,
নিনখোংবা তাবনা,
নোংজুথাগী মতমদা,
খোংদা ঈশিং চেনবগী,
ঈরাওখোনগুম নিল্লক্লে,

মকোক তরা পাল্লবা,
রাবণ কৌবা নিংথৌনা,
সমত্রু য়েংতুনা হায়রকই,
সমত্রু কৌবা নহাক্তি,
ইকাইদেদা তোনখরেদা !
নংবু মীনা হায়বদি,
লানঙম্দ্রবা ঈপাকনি।
নংনা ঙসি থোল্লিবা,
নুংগী পয়েং অসিদি,
ওস্থোক্লা নিংথিজরেদা !
নুংগী পল অসির ?
রত্নাকর নংগী লৈতেংদি ?
দশরথ কৌবা নিংথৌগী,
মচা মুপা রামগী,
করি গুণনা পুনখরবনো ?
মুংশিৎকা নংগা মান্নবা,
কল্লি হায়না থাগৎনৈ,
নংগী ওইরিবা দশাসি,
করিনিগে সমত্রু ?
তোল্লবা য়োং শওমদি,
যাদুকরশিংনা পুল্লগা,
কোয়না কোয়না চিংহুনা,
মীবু কুমৈ য়েংহল্লি,
লাং মচা অমনা,
নোংশাবু ফাহনবা হৌনদে,
শংবান্নবা ঈশিংগী,
মপু ওইরিবা সমত্রু,

নংগী থবাক মথক্তা,
ঐগী সনা লঙ্কানি,
লৈতেংহনা লৈরিবনি,
কৃষ্ণগী থবাক মথক্তা,
কৌস্তুভ মণি থোনবগুম,
নিংথিরবা লঙ্কানি।
ঐগী সনা লঙ্কাবু,
করি অসুপ থৌজান্দে,
পন নমথায়বিরগ',
য়েক্লবা তেঙ্গোল খিবিকপু,
ঈশিংদা লুপহনবিখোনে।
রাবণ কৌবা নিংথৌদো,
সভাদা অমুক হপ্পিল্লে।
অঙম অথৌ অপূম্বা,
তুমিন তুমিন লৈনরে।
ঙহাক লৈরে হায়রগা,
নুপুর খোঞ্জেল লোয়ননা,
হিক্লা কপ্পা খোঞ্জেন্না,
কোম্মুং অপূম্বা নিল্লক্লে,
মমা চিত্রাঙ্গদানা,
মনাই মশন লোয়ননা,
সনা নাক্তা চংলকলে,
মশম মনা ফারেনে।
উন্না য়ৈবা উমংদো,
উপান রাপান অপূম্বা,
মনা ইকোক কোকপগুম,
চিত্রাঙ্গদা ইবেম্ম।

মচাগী রাব' মৈচাক্লা,
অঙ্গ:ভরণ হন্দোক্লে।
লিক্লানা চোৎপা থম্বানগুম,
মিৎতা পিনা চোৎলেনে।
উচেক্কী মহুম মমুংদা,
লিম্না মচা চিকপদা,
অন্নাবা খোঞ্জেল লাউহনা,
কোয়না পাইবা মতৌগুম,
চিত্রাঙ্গদা ইবেম্মা,
মচাগী মৈচাক ফংবনা,
অচাওবীগী পান্দমগুম,
কোয়না কোয়না চৎলক্লে।
সভা ময়াম ফমবহু,
অকপ্পা খোঞ্জেন্না থনখরে,
মুপীনা ইকোয় কোয়খরে,
মুংশা মুইনা হোম্ম্রে,
নোং খোংবগী মতৌগুম,
কপ্পুনা হায় হায় লাউনরে,
রাবণ অঙকপা ফংখরে।
চামর পায়বা হন্দোক্লে,
ছত্র খুত্তগী নাম্থরে,
থাং খুত্তগী তাথরে।
চিত্রাঙ্গদা দেবীনা
রাবণ য়েংহনা হায়রকই,
নোংদম্বগী থৌজাম্না,
রতন অমা ফংলগা,
শ্রীযুতপু ভাকহনবহুদি,

কদাইদা ছন্দোকপিরম্লে ?
উচেক্না মন্থম উথক্কা,
মচা কোনবগী মতৌগুম,
কোন্দুনা থম্বা ইচাবু,
কদাইদা থ-ম্লবগে ?
ঐগী মমল নাইত্রবা,
য়তনবু কদাইদা চংখ্রবা ?
লাইরবা মীগী মরনবু,
নিংথোনা ঙাকপা হৌনৈনে,
তোল্লবী ঐগী লন্দুদি,
কদাইদা মাঙহনখরবা ?
রাবণনা চিংনা য়েংহুনা,
শাউগম্লনে ইবেম্মা,
নোংদম্বগী খুজিন্নি।
অকনবা পোকপী লঙ্কানি,
অকনবা অমতা লৈরক্রে,
নিংথমথা বনগী মম্নুংদা,
উহৈ রাহৈ পান্দগুম,
তুরেল্মা ঈশিং কংবগুম,
করি অমতা নিংথিদ্রে,
কা পাম্বী মরক্তা,
সবোনা চংলে হায়রগা,
কা মপু মাঙবগুম,
ঐগী লঙ্কা মাঙলক্লে,
সমক্রুবু নুংনা পনথিংলে,
ইবেম্মা নংনা রাবদি,
নচা অমতগী দমকনি,